# শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু



গৌরকিশোর সিংহ

# ৱাহৈ খরদং

মৈতৈ ঐখোয়না চংলিবা ধৰ্ম্ম অসি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা হৌদোক্লম্বা গৌরীয়া ধৰ্ম্ম হায়বনি। ঐ ইশামক ধৰ্ম্ম অসি মূন্না খঙজদে; অদুবু ইশাগী ধৰ্ম্মবু ইশানা খঙদনা শুপ্নগী মপাঙ্খোংদা মান্নবা তৈবা অমসুং মান্নব লাওখোংবা অসিদি সমাজ মাংননবগী মরুনি অমসুং নশাদা অফবা ফত্তগী জ্ঞান লৈব কনাগুম্বা অমতনা পৌদৌ অসিবু খাংফম থোক্তে। মরম অসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গ অসি কনানো অমসুং মহাক্না করি করি তৌরম্বগে হায়বদু খরা খিজিনবা হৌজে। বাংলা লোন্না য়াম্না লাইনা ইবা "গোরাচাঁদ" কৌবা লাইরিক অমা থেংনখে। লাইরিক মচা অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গগী মরমদা মঙ্গাল খরদং ঐঙোন্দা উৎপীখি। অদুগা লাইরিক অসিদা ধৰ্ম্মগী অরুবা মতাং দর্শন তত্ত্বনচিংবা য়াওদে, ইচম চম্না ইবনি; মরম অসিনা নুপী অঙাং পাখঙ লৈশাবী ফাওবনা পাবা য়াবা মওং ওইনা তৌই। শ্রীগৌরাঙ্গদি প্রেম অমসুং ভক্তিগী অবতারনি, শ্রীগৌরাঙ্গগী মিৎয়েংদা অচৌপিশক, লাইরবা ঈনাকখুনব, জাৎ ফবা ফত্তবা অমসুং পাপী চণ্ডাল করিমতা খাইদে। মহাক্কী মিৎয়েং অসিদি শুম্লোক্না পাকখ্রে অমসুং বিশ্বজগৎ পূম্নবু কোনশিনবা ধৰ্ম্মনি। ইরৈবাক মচাশিংনা লাইরিক মচা অসি পারগা শ্রীগৌরাঙ্গবু অমসুং মহাকনা প্রচার তৌরম্বা ঐখোয়গী ধৰ্ম্মবু খরা খিত্তং খঙবদা মতেং পাংগদ্রা হায়দুনা লাইরিক মচা অদু মৈতৈরোন্দা হন্দোকচবনি। লাইরিক মচা অসিনা ইরৈবাক মচাশিংবু ধৰ্ম্মগী লম্বীদা খরা খিত্তং তেংবাং পীবা ঙম্লবদি নোমজমনগী মহৈ য়াল্লে হায়না খল্লগনি। ইতি

খুইগী—

**শ্রীথুমম্বেম গৌরকিশোর সিংহ**

১১।১।৬৮ ইং

# শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু

মতম অমদা নবদ্বীপ অসি সেন নিংথৌশিংগী কোম্নুং ওইবগী ভাক্তুস্থ নত্তনা সংস্কৃত চর্চ্চাগী দমক্তুস্থ য়াম্না মমিং চংলম্মী। সেন শাগৈগী নিংথৌশিংনা গঙ্গা মপান্দা লৈননবগী দমক নবদ্বীপতা কোম্নুং অমা শেমলম্মী, অদুগা সেন শাগৈগী অফাওবা নিংথৌ বল্লাল সেনদি মতম অয়াম্বদা নবদ্বীপতা লেল্লম্মী। অদুবু সংস্কৃত চর্চ্চাগী দমক মমিং চংখিবা অসিমুক নবদ্বীপনা কোম্নুং ওইবগী দমক মমিং চংলমদে। বাংলা দেশকী অফাও অফাওবা পণ্ডিত, জ্ঞানী অমস্থুং লাইরিক হৈবা অয়াম্বা নবদ্বীপতা লৈরম্মী। অসিদস্থ নত্তনা নবদ্বীপতা লৈরিবা ধর্ম্ম চেনবা সাধু, সন্ন্যাসী অমস্থুং মহাপুরুষশিং অসিমুক য়াম্না বাংলাগী অতোপ্পা মফমদা লৈরমদে।

ভারতকী মফম অয়াম্বদগী নবদ্বীপকী সংস্কৃত টোলদা লাইরিক তম্বনবগী দমক লাক্লখি। ধর্ম্ম চেনবা সাধু সন্ন্যাসীশিংনা গঙ্গা মপান্দা লৈননবগী দমক নবদ্বীপতা লাক্লে। অদুগা অয়াম্বনা সংসার বিরাগী ওইদুনা সাধু সঙ্গ তৌননবগী দমক নবদ্বীপতা লাক্লুনা লৈনরে। অস্থুম তৌদুনা নবদ্বীপ হায়বসি মতম খরগী মনুংদা মী য়াম্না তাবা ভারতত্তা ফাওরবা অচৌবা সহর অমা ওইখি। মরৈদা,

মশিংদা, জ্ঞান্দা, বিজ্ঞানদা, লল্লোন-ইতিক খুচ্ছাহৈবদা, লন্দা থুমদা, অমসুং মিংচৎ উরোংদা নবদ্বীপকা পাবিনবা সহর অতৈ অমা বাংলা লৈবাক্তা লৈরমদে।

অসিগুম্বা নবদ্বীপ অসিদা মতম অদুদা 'বাসুদেব সার্ব্বভৌম', 'কৃষ্ণানন্দ আগমবাগীশ', 'স্মার্ত্ত' রঘুনাথ, 'অদ্বৈত আচার্য্য', 'মুরারি গুপ্ত'নচিংবা ফাওর ফাওরবা সাধু পণ্ডিত কয়ামুক লৈরম্মী—মখোয়সিগী মনুংদা অমগী মমিংনা 'নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী' অদুগা অমগীনা 'জগন্নাথ মিশ্র' কৌই।

জগন্নাথ মিশ্র অসি ধর্ম্ম চেনবা সাধু অমা ওইবগা লোয়ননা য়াম্না স্বভাব ফজবা অমসুং লাইরিক লাইশু হৈবা মীশক অমা ওইরম্মী। মপা লৈতনা শাস্ত্র হৈবগী দমক জগন্নাথ মিশ্র অসি 'পুরন্দর' কৌবা উপাধি ফংলম্মী। মিশ্র ঠাকুর অসি নোংচুপলোমগী বৈদিক ব্রাহ্মণনি, শ্রীহট্টা পোকপনি, গঙ্গা মপান্দা লৈনবগী দমক নবদ্বীপতা লাকপনি। পণ্ডিতকী লক্ষণা অমসুং অতৈ অফবা গুণ কয়ামুক্কী তুংনফম ওই হায়দুনা মুপী অভাং খাক্তনা মীপূম খুদিংনা মিশ্রবু ভক্তি তৌরম্মী। মিশ্র ঠাকুরনসু নবদ্বীপকী মী খুদিংমকপু মাগী মীনি হায়না নিংই, অমসুং করিগুম্বা অমতং রাৎপদা থরাই হকচাং য়াওনা তেংবাংই। মরম অসিনা নবদ্বীপকী কনাগুম্বা মী অমতনা মহাকপু অতোপ্পনি হায়না খন্দে।

অদুগা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীসু শাস্ত্র খিবিক্তা হৈরবা অমসুং নবদ্বীপকী মনুংদা খ্বাইদগী অহল ওইরবা মীশক অমা ওইরম্মী। অহল অসিগী ধর্ম্ম চেনবা, জ্যোতিষ শাস্ত্রদা মপা লৈতনা হৈবা মতৌ অসি উরগা মীপূম খুদিংনা মহাকপু লাইগুম্বা নিংনৈ। চক্রবর্ত্তীগী

গুণনা অমসুং লাইফাওদি করিগুম্বদসু শোইবা লৈতে, মরম অসিনা মীপূম খুদিংনা মানা হায়বা মতুং ইন্না হোগৎফমথ তৌই।

হন্নুরবা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী অসিগী মচা নুপী অমথক লৈরম্মী — মমিংদি 'শচী' কৌই। মশক মতৌদা শচীগী মপা লৈরমদ-বগুম মগুণদসু মপা লৈরমদে। 'মশক মতৌদা লক্ষ্মী—মগুণদা সরস্বতী' হায়রগা খঙনবদু শচীনা তশেংনা ওইরম্মী। মরম অসিনা নবদ্বীপকী মীপূম খুদিংনা শচীবু নুংশিবগা লোয়ননা মপুক মক্কুংদা শচীবু লাইরেম্বীনি হায়না খন্দুনা ভক্তি তৌই অমসুং ঈকাই খুম্নৈ।

মচানুপী শচীবু চক্রবর্ত্তী মহাশয়না থরাইদগী হেন্না লুনা তৌই। খোত্তূনা য়েংবদা নুপীমচা অসি য়াম্না ধর্ম্ম লৈবী, লক্ষ্মীগুম লাইবকফবী নুপী অমা ওইগনি হায়বসি খঙলম্মী। মরম অসিনা মপানা শচীবু দেবীগুম লুনা, চান্ন অমসুং নুংশিনা য়োক্কনি হায়বদা করিমতা অঙকপা লৈতে।

শচীনা মপূং মরৈ ফারকপগা লোয়ননা মহাক্কী রূপগুণ পূর্ণমক মপূং ফানা ফোংদোরক্লে। মসিদা চক্রবর্ত্তী মহাশয়দা নত্তনা মীপূম খুদিংমক্কা মহাক্কী লাইবক ফবা মতৌ অতুবু থাগৎনরে। অদুদগী চক্রবর্ত্তী মহাশয়না মচানুপী অসি জগন্নাথ মিশ্রদা থাজহুনা লুহোংবদা মীপূম খুদিংমক হরাওবগী ঈপাক্তা তাওরে। "লক্ষ্মী নারায়ণনা পৃথিবীদা মিলন ওইবিররে নবদ্বীপ অসি বৈকুণ্ঠ ওইরে।" হায়না মীপূম খুদিংনা হরাও মথোই কানা লাওনরক্লে।

থাঙ্গৈশেংবমকসু জগন্নাথ মিশ্রনা ফিদংঙাই ওইবা নিপা অমা ওইবগুম শচী দেবীসু ফিদম্নিঙঙাই ওইবী নুপী অমা ওইরম্মী। অসিগুম্বা নিপানুপী অসিনা মহাপুরুষ অমা পোকপদগী সংসারগী

পাপ-তাপ, অমা অনা পূম্বা কোক্লে, হরিনাম্বা মফম খুদিংদা ঈথক হৌরে; সংসার অসি মুংডাইরবা ধাম অমা ওইরে।

জগন্নাথ মিশ্র অমসুং শচী দেবী অনি অসি শাস্ত্র অমসুং ধর্ম্মগী মতুং ইন্না য়ুম পানবা হৌরে। মখোয়না পাল্লিবা য়ুম অসি পূণ্য চেনবা, ধর্ম্ম চেনবা য়ুম্বান্নি—লাইগী লাইশঙ্ন। য়ুম অসিগা হেক শম্নরবদা য়াম্না পংখুবা মিত্তাংবা মুর্খ ফাওবা মমিৎ পাংই, য়াম্না ফত্রবা মী ফাওবা সাধু ওইরকই, অদুগা পাপীশিংগী পাপ কোক্লকই। নবদ্বীপকী মুপী, অঙাং, হনু-হন্থী পূম্নমক অনি অসিগী শাজৎ ব্যবহারদা শুদ্ধৎখিদুনা অনি অসিগী অরৈবা মনাইগুম্না তৌরম্মী।

অতিথিবু পূজা তৌবনভুনা য়ুম্বাল্লিব মীগী অচৌবা ধর্ম্ম অমা অমুক লৈতে। মরম অসিনা শচী জগন্নাথনা থরাই হকচাং য়াওনা ধর্ম্ম অসি ভাকপা হোরক্লে। অতিথিশিংগী হরাওমীনোক্না মখোয়গী য়ুম অসি অহিং মুংথিল খাক্তনা নিনম্রে—মখোয়গী য়ুম অসি অন্ন পূর্ণ—ফৌওইবী লাইরেম্বীগী মন্দিরগুম্না য়াইফ-কোন ওইরক্লে। পূণ্য অসিগী অহানবা মহে ওইনা থাজগুম পকহেনবা মচানিপা অমা পোকলে। শচীগী মপা ইবুঙো নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা জ্যোতিষ য়েংদুনা অঙাং অসিগী মিং 'বিশ্বরূপ' হায়না থোল্লে। অদুগা মচানুপী অমসুং মক্কাকতা লোন্না হায়রম্মী—

"নখোয়দি য়াম্না নরাইবক ফৈ, অসুক ফবা অঙাংদি মীগী মরাইবক্তা পংনা থোক্তে, নখোয়গী অঙাং অসি য়াম্না ধর্ম্ম চেল্লি—মহাপুরুষ গুম্না তৌগনি।"

শচী জগন্নাথ মতৈমনাও অনিসি হরাওবনা মথুম মরাং হৌরে। মচাগী ষষ্ঠীনচিংবদু য়াম্বা চাউনা পাংথোক্লগা য়াম্বা মুংশিনা মচা বিস্বরূপপু য়োকপা হৌরক্লে।

অদুবু অরাবনি মুংঙাই য়াইফবা হায়রবসি কনাগীসু মরাইবক্তা মতম কুইনা লৈতবমাল্লে। ধর্ম্ম চেল্লবা মতৈমনাও অনি অসিগী মুংঙাইবগী ঈপাক্তা অরাবগী নোং-মুংশিং হৌরক্লে। বিস্বরূপকী মতুংদা মথং মথং মচন নিপান পোক্ল-শির পোক্ল-শির তৌরে। মচা নিপান থংন থংননা শিথিবা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে। পলেম-পম্ণৌ অনি অসিগী থম্মোয় পুবা ভম্মকত্রে, অশিবগা পাংথক ওইখে। অনি অসিগী অরাবা উবদা নদীয়াবাসী পুম্নমক মিত্তগী ঈরা শিন্থখিবা খঙনদ্রে। মীপুম খুদিংমক মতৈমনাও অনিমকপু খেমজিন্নবা যেসা শক্তি পাম্বে য়েংনরক্লে।

নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীসু তপথবা য়াদ্রে—জ্যোতিষ গণনা য়েংদুনা মচা অমসুং মক্মাক অনি য়েংলগা হায়রকই—"পুভমদ্রবা অরাবা হায়বসিমক্তবু তুংদা মুংঙাইরক্কদবগী মমি তম্বনি। নখোয় লাংতক্ল-গনু, থিন্দনা ভগবান্না নখোয়গী অরাবা পূম্বা কোকপীদুনা মপান মাইদ্রবা মুংঙাইবগী মপু ওইহনগনি।"

অশেংনমকসু মদু থোক্লে। শচী অমসুং জগন্নাথকী অরা অনা কোকপীনবগী দমক ভগবান্না থারম্বা পাম্বী অসিগী মহৈ চাবদা শচী জগন্নাথতা নত্তুনা নদীয়া বাসী পুম্নমক্কী অরা-অনা পুন্সিগী ওইনা কোকথোক চামথোকখে। করি অমুক হায়নি, উহৈ অত্তুগী অমৃত রস ফংবদা ভসি ফাওবা ভারতবর্ষগী মী অয়াম্বনা পোকপগী মহৈ য়ান্নরি।

## অম।

থুমিৎ অতু বসন্তগী ( লমতা ) পূর্ণিমানি। শক ১৪০৭ কী লমতা থানি—ফল্গুনী নক্ষত্রগী খেন্নি—মখল মখা অয়াম্বা য়াইফ পুংফম্না তিনবনি—মসিগী মথক্তা অমুকস্তু চন্দ্রগ্রহণ থুমিৎনি।

সহয়নচিংবদা মখল মখা অয়াম্বগী মী ফনা লৈদুনস্তু মতম অতুদা নবদ্বীপতা ওক্তবা লমচৎনাইদবা ডাকুশিংগী মশিংদগী ধর্ম্ম অমস্তুং পূণ্য চেনবা সাধু সন্ন্যাসীশিংগী মশিংনা য়াম্বা হেল্লম্মী। মরম অসিনা বসন্তগী থুম্রব থানিন্দা অমস্তং অফবা খেনফংবা তিল্লবা পুংফম অসিদা—চন্দ্রগ্রহণ থোকপসিদা নদীয়াবাসী পুম্নমক হরাও-বনা মথুমমরাং হৌনরে।

য়ুমথোং খুদিংদা হরাওবগী ঈশ্বক হৌরি। মীপুম খুদিংগী মচিন্দা হরিধ্বনি তাবা ফংলি। লম্বীদা লমখাংদা, ঘট্‌তা—মাইগৈ মরিদা মীগী অমুক অথম্বা লৈত্রি, মাইগৈ পুম্বদা উৎসবকী ঈরাং হৌরি। উৎসব অসিগী ঈরাং অসি গঙ্গা মপান্দনা খুাইদগী হেল্লি।

গঙ্গাগী ঘাট ঘাটতা অমস্তুং হিদেন তাফম খুদিংদা অঙাং-মুবী, পাখং লৈশাবী, হনুবা-হনুবী পুম্নমক গ্রহণগী দমক গঙ্গাস্নান তৌরদা মথুম-মরাং হৌরি। মীপুম খুদিংনা হরিনাম শোল্লি। কনানা গঙ্গাদা স্নান তৌরি, কনানা স্নান লোইরগা পূজা তৌরি, কনানা শাস্ত্র পারি, কনা অমনা দান তৌরি, কনা অমনা লিক চত্নুনা পূজা তৌরি, কনা অমনা মন্ত্র শোল্লি। মী পুম্নমকী মচিন্দগী অতৎ-অথম নাইদনা 'হরি হরি' হায়বা নামামৃত তাঁরি।

হরিনাম নামামৃতনা নদীয়াগী অতিয়া পূমনিল নিনখ্রে, মাইপৈ মরিদা হরিনামগী নোংলৈ-মুংশিং হৌরি। হরিনামগী ঈথক ঈচাওদা নদীয়া পূম্বা ঈরাক্লরে।

হরিনামগী থুম্লবা ঈথক অসিগা ঈরোইননা খেনফম ফম্ববা মিৎকুপ অসিদা হরিনামবু মতম কুইনগী দমক হিংহম্লবগী দমক গোলক্কী হরি মশামক্না পৃথিবীদা খোংদারক্কু্না জগন্নাথকী য়ুমদা ভান্থোইবিররে। শচী মাঙ্গীগী মপা লৈতনা চঙখোম্লবা মচানিপা গৌরাঙ্গ সুন্দর ভূমিষ্ট ওইরে। নৌনা পোক্লিবা অঙাং অসিগী রূপগুণনা য়াওনশঙ অদু পূমভাল ভাল্লক্লে।

মপা লৈতনা ফজরবা মচানিপাগী শকফম য়েংবদা শচী দেবী অমসুং জগন্নাথ হরাও ঈপাক্তা তাওখ্রে—করি তৌগদগে মফম খংদতুনা নৌনা পোক্লিবা অঙাং অদুবু য়েংদুনতা লৈখ্রে—সংসার কাওখ্রে। অসোমদনা মচানিপা অমা পোক্লে হায়বা তাবদা শাগৈ নাতৈ, মরূপ মপাং পূম্নমক মাগী মাগী মথৌ হুন্দোক্লদুনা লাক্লরে। জগন্নাথকী য়ুমদা নদীয়াবাসী পূম্নমক হরাও কৈথেন কাম্বরে।

মীপূম খুদিংনা হরাওনা হরিনাম শোল্লি। অঙাংগী শকফম উবদা মী পূম্নমক হরাওরে, জগন্নাথকী য়ুম অসি বৈকুণ্ঠ ওল্লে। কনামতনা মযুমদা হনগে খন্নদ্রে, মী পূম্নমক থরাই হকচাং য়াওনা নৌনা পোক্লিবা অঙাং অসিগী মঙ্গল ওইনবা প্রার্থনা তৌনরক্লে।

মুপী মহা পূম্নমকসু শচীগী তম্বাক্তা লৈরিবা সনা মতুম অদু উবদা মথল মথা অয়াম্বা মুংশিবা বাহৈনা পুক্লিংগী মুংভাইবা ফোং-দোক্লরে। অদুবু মথং মথং মচা নিপান শিরকপসিদা মচা নিশ্বা

শোক্নপগী মুংভাইবা ঈশাক অসিদস্থ অৱাবগী নোং মুংশিৎ হৌরক্লে। শচী দেবীনা কৈক্লোই লৈকাইগী মীপুম খুদিংদা মচা নিপাড়ু উৎলগা মপী ঈৱা শিঙ্গনা হায়জরকই—“ইমা, খুয়াগী উফুল পীবিয়ু, অভাং অসি পুন্সি তোল্লোয়নবা বর পীনবিয়ু।”

অদুবু শচী দেবীনা শাংথনা হায়জরুগদবা লৈতে। শচী দেবীনা মচিন্দা কাংথোরকপদা মীপুম খুদিংনা অভাংঅদুবু ‘পুন্সি’ ‘তোল্লোইয়ু, পুন্সি তোল্লোইয়ু’ হায়না আশীর্ব্বাদ তৌবিরকই।

জগন্নাথনা মতম চানা নৌনা ফংজবা অভাং অসিগী জাত কর্ম্ম পূৱমক মরূপ-মপাংশিংগা লোয়ননা পাংথোক্লে। ময়ুমদা লৈজবা লন-থুম খরদু মচাগী মঙ্গলগী দমক্তা দান তৌরে। অভাং নিপান মথং মথং শিগ্রবা ভুংদা অভাং অসি ফংজৈ হায়দুনা অভাং অসিগী মিং ‘নিমাই’ থোল্লে।

জগন্নাথকী মকুবোক নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা মগুনিপাগী অঙকপা লক্ষণা উবদা য়াম্বা কুইনা অভাং অদুবু য়েংদুনা লৈরে, অদুদগী গণনা তৌদুনা য়াম্বা হরাওনা অমসুং চাওথোক্লা মগুনিপাবু ‘বিশ্বম্ভর’ হায়না মিংথোল্লে। মহাক্না লোম্না মক্সাক নিপাবু কৌদুনা হায়রকই—“বাবা, নখোয় নরাইবক ফৈ হায়—ঐসু ধণ্য ওইরে—অভাং অসি অচম্বা নত্তে। অভাং অসিগী মশা পূম্বদা মহাপুরুষকী লক্ষণা ভৱং ভৱংনা লৈ—অভাং অসিনা সংসারবু কল্লগদৌরি—জগৎপু পূজা তৌগদৌরি।”

## অনি

নিম্মাংগী থাজনা নোংম নোংমগী অস্তুম অস্তুম চাউখৎলকপগুম বিস্বম্ভরস্তু জগন্নাথকী মরান-য়াই অতুবু নোংম নোংমগী হেন্না ভাল-ইন্দুনা চাউখৎলক্লে। অডাং অতুগী মশক উরুবা খুদিংমক্না মশাবু মশানা কাওজৈ, অমস্তুং পূমশুম শুক্নাংলি।

অডাংগী মশক অসি থাজগী মডালগা মান্নৈ—সনা অহিংবা ফাওবা কুচু অসিগা থান্নবদা মকশিল্লি। মরম অসিনা কনা অমনা মহাকপু 'গৌরমণি', কনা অমনা 'গৌরাচাঁদ', কনা অমনা 'গৌর-কিশোর', কনা অমনা গৌরাঙ্গ সুন্দর, অতুগা থরা অমনা 'গৌরাঙ্গ' মথল মথা অয়াম্বা মিংথোন্না কৌনরক্লে। অসিদস্তু নত্তনা নুপী ময়াম্মস্তু মরম অমদগী অতোপ্পা মমিং অমা থোনবিরে।—

অডাংনা কপলকপা মতমদা নুপীশিংনা মথল মথা অয়াম্বা উপায়না অডাং থেম্মি। নিমাইনা হেক কপলকপদা নুপীশিংনা 'হরিনাম' পনবদা কপ্পা লেপ্পি মসি নত্তনা অতৈ করিমতনা মহাক কপ্পা লেপতে। নিমাইনা কপ্পা হেক তাবদা নুপীশিংনা—'হরিবোল-হরিবোল'—হায়না হায়, মসি তাবদা অডাং অতুস্তু—হরাওদুনা কপ্পা হেক্তা লেপ্পি। নুপীশিংনা অতুদগী খুবাক খুদুনা হরাওনা 'হরিবোল হরিবোল—শোল্লু গৌরহরি' হায়না নাওথেম্মি। মসি-দগী নুপীশিংনা মহাক্কী মমিং 'গৌরহরি' হায়না থোল্লি।

মথং মথং অডাং অসি থা তরুক ফাজিল্লক্লে। মতম অসিদা জগন্নাথনা উৎসব রাম্মা চটনা তৌদুনা—চটম্লে। চউম্বগী উৎসব অসিদা নদীয়াবাসী পুম্নমক—জগন্নাথকী য়ুমদা বার্ত্তোন ফংদুনা

উৎসব য়াওবা লাক্লে, অদুগা থৌদোক অমদা—মীপুম খুদিংমক ঙক্লখিদুনা 'ধণ্য ধণ্য' হায়না পূর্মনিল নিম্নরক্লে।

চউম্বগী আসন্দা ফমহল্লগা ফৌ, তিংথৌ, অথুম অহাও, লুপা, কড়ি, সনা অমসুং খুৎনা শাবা পোচ্চে পুম্নমক থম্লগা অঙাংবু ময়াম্না মমা পরীক্ষা তৌবা হৌরক্লে। হায়রিবা পোচ্চে ময়াম অসিগী মরক্তা ফমহল্লগা মপা জগন্নাথ মিশ্রনা নোক্ল-নোক্লদুনা হায়রকই— "পায়ম্ম, ইবুঙেঙা, পায়নিংবা অমা পায়ম্ম।"

নিমাইনা পোৎ পুম্নমক হুন্দোক্লম্লগা 'শ্রীমদ্ভাগবত' অদু মখুৎ অনিনা তাপ পায়রে। মসি উবদা য়েংলিবা নিপা মুপী পুম্নমক্না পূমঙক ঙক্লরে অমসুং য়াম্না থাজবগা লোয়ননা— "অঙাং অসি বিশ্ব (তাইবং) জয় তৌগনি" হায়না হায়নরকই।

পলেম-পম্ৌনা লুনা চান্ন তৌদুনা নিমাই অসি অস্থম অস্থম মপূং মরৈ ফাগৎলক্লি। মসিগা লোয়ননা নিমাইগী রূপ-গুণ অমসুং অঙকপা ফংবা শাজৎ-লীচং দেশ শিনবা থুংখ্রে। মুমিৎ খুদিংগী নিপা মুপী কাংবু কাংবু হৌন হৌনদুনা নিমাইবু য়েংবা লাক্লরে। জগন্নাথ অমসুং শচী দেবীনা অসি পুম্নমকসি মখোয়গী মরাইবক ফবনি খন্দুনা ময়াম্বু তরাম তরাম ওকই। নিমাইবু উরুবা মী খুদিংমক্না শুক্লৎখিদুনা মহাকপু পম্নগা চুপ্পমদনা তোকপা লৈতে। নিমাইগী মোমোন মীনোক্কী মঙান তাখিবা মী অদুগী অম্না-অনা মিংকুপ অমগী মনুংদা কোকই, অমসুং থম্মোয় লকাদা মোমোন মীনোক অদু পুন্সিদুমগী য়েক্তুনা লৈহৌই।

নিমাইবু হেক উরুবা মী খুদিংমক্কী মশাদা লিচিং অমা ফাওই অমসুং নিমাইগী মরমদা ম্বারী শাদনা তোকপা লৈতে। অসুম্না মিশ্রগী যুমদা অতৎ অখম লৈতনা নিমাইবু য়েংবা লাক্লে।

জগন্নাথকী যুমদা তিল্লবা মীশিংদু মপান নাইখিদ্রে। অঙাং ওইম্বিবা নিমাইবু কোইশিল্লগা মীয়াম্না 'হরিনাম' শোন্দুনা খুবাক খুই। অসুম্না ময়াম অদুনা নিমাইগা লোয়নননা হরিনাম শোন্দুনা শান্নে। হরিনাম শোনবা তারগা অঙাং অদুনা হরাও তুজংবা মতৌ অদু উবদা ময়াম্মক ঙকপগী অমসুং হরাওবগী ঙমখে লৈখিদ্রে। অসুম্না নদীয়া বাসী নিপা মুপী পূম্নমক্কী থবাইগী মণি ওইনা নিমাই অসি অসুম অসুম চাউখৎলক্লে।

## অষ্টম

নিমাইনা ষণ শাদুনা চৎপা হেক হৈঙেদগী মহাক অসি মথোং মখুৎ লেংবা হৌরে। অঙাং অসি মফম অমদা মিংকুপ অমতা কুইনা লৈবা হৈনদে, ষণ শাদুনা যুমগী অকোইবদা কোইচৎ চৎলি, মশা পূম্নমক উযুল-ব্রাইফুলনা পূমতে তৈশিল্লি। মমা শচীনা মিংকুপ নাগুম খুদিংমক্তা মচাবু লৌন্নি—অমোং অকাই শুদোক চামথোক্তুনা মতম লৈবখি বক্তা মচাবু ফি হোংদোকপী। অদুবু নিমাইদবু ফিয়োনদু কয়া কুইনা লাংগদগে!— তাঞ্জা মচা অমা হেক ফংবদা অঙাং অসিনা ফিয়োন পূম্নমক মাংহন্দুনা উফুলদা ওন্দুনা শান্নে। মচাগী শকফম য়েংবদা শচী দেবী তত্তনা হরাও তুজংই, অসুম্না অহিং সুংখিল কয়া হৌ বগে হায়বদু শচী দেবীনা খঙবা লৈতে।

অসুম তৌরম্বদগী নিমাইনা কাকৈ কাকৈ চংপা হৈক্লকপা মতম অসিদদি মমা শচী দেবী য়াম্না লাংতক্লরক্লে। মখোংনা চংলকপা অসিদগীদি নিমাই অসি লাক্ল-ফানবা ঙম্লকত্রে। নিমাই অসি য়ুমদা ভাইহাক্তা তুমিন্না লৈতে; মতম চুপ্পদা মথল মথা অয়াম্বা মওংদা ভাওশিন্নবা পাম্মি। মচা নিমাইগী লমহেনবা মতৌ অসিদা মমা শচী তপথবা ঙমদ্রে; অদুবু মচা মুংশিবগী প্রেম্না শচীগী মচিন্দগী অয়াকপা ৱাহৈ অমতা নত্রগা ৱারকপগী মীচৈ অমতা ভাংথোকপা ঙমজদে। অঙাংগী ভাওশিন্নবা অমসুং লমহেনবা মতৌ অসিগী মনুংদা ফর্জবা অমসুং মুংশিবগী অনৌ অনৌবা শক্লোন উবা কংদুনা মমা শচীনা চৈবগী মতুম্তা থোইনা হেন্না হরাও তুজুংই। অদুদগী নিমাইনা মপান থোক্তুনা কৈরোই-লৈকাইগী মমান্নবা মরক তিল্লকপা মতম অসিদদি নিমাইগী লমহেনবা, ভাওশিন্নবা অমসুং উপদ্রব অসি ইমুং মনুংদতা নত্তনা মপান ফাওবা শিনবা থুংলক্লে।

ৱ্রজগী গোপালনা অঙাং ওইরিঙৈদা কৈরোই-লৈকাইগী ইমুং মনুংদা চংলগা ক্ষীর-ননী চাথোকপা, চফু থুগাইবা মসিদা ৱ্রজবাসী পুংমক তৌফম খঙদদুনা ঙকচান্নবা তাদু পুম্নমক অদু নিমাইনা নবদ্বীপতা তৌরে। নিমাইনা নদীয়াবাসীশিংগী ইমুংদা চংদুনা কনাগীনা ঋঙ্গোম, কনাগীনা চাক, কনাগীনা অথুম-অহাও চাথোকই। ইমুং চংলগা করিমতা লৈরমদ্রবদি চফু-চনাই থুগাইদুনা ইচাই চাইথাইরম্মী। কন্নাগীনা অতুম্বা অঙাং হোদোক্লম্মী—কনাগীনা তুমিন লৈজবা অঙাং অদুবু কপহল্লম্মী। অসি পুম্নমক অসিনা কৈরোই-লৈকাই পুম্বা মীপাইনখি।

কৈকাইগী মীশিংনা নিমাইবু ফারগা শাস্তি তৌগে হায়না লেপ্লে—অদুবু—হায় হরি— নিমাইবু কনানা ফাগনি? কেক-তং লাওবদা মত্রগা মুংশাস্বর খজিক্তং কন্না হোনবদা নিমাইনা ইখি খিগদুনা হৌতুনা চেল্লি। অদুগা কনাগুম্বনা খুজিন-খুনাম্ছোক্তগী নিমাইবু করিগুম্বা ফাবা ওন্নবস্তু মাগী মশক উবদা অশাওবগী মৈ পূম্নমক কোকই, খম্মোয়দা প্রেমগী ঈথক হৌরক্তুনা থুম্নাংলকই। শাস্তি পীবগী মতুংদা তম্বাক্তা কোনখৎলগা হন্না হন্না চুপ্পগা মুংশিনা থাদোরকই। অসুম তৌদুনা নিমাই অসি নোংম নোংমগী লম হেনবা হেনগৎলক্লে।

নোংমদি শচী দেবীনা নিমাইদা অথুম-অহাও অমসুং সন্দেশ চানবা থনগ্রগা য়ুমগী থবক নোম্বা চংশ্রে। নিমাইনা সন্দেশনচিংবদু চাদদনা লৈপ্পাক চাখৎলক্লে। মমা শচীনা হল্লক্লগা তৌরম্লিবদু উবদা পূমংক ওক্লে অমসুং হা মচা য়েংদুনা ঙাংলকই—"অঙাং লমহেনবা, করিগীনো নংনা লৈপাক চারিবদি? নংবু লৈপাক চাও হায়দুনা কনানা হায়?"

নিমাইনা নোক্ল নোক্লদুনা হায়রকই—"কৈদৌরবগে ইমা—নংনদি লৈপাক চাননবা থম্বিরম্লে—করিগী হৌজিক ঐঙোন্দা ঙাংল্লি?"

শচীদেবীনা খুমকই—"ইস্ কয়াদা ঙমখ্রবনো—ঐনা নংঙোন্দা লৈপাক পীজনবা থনম্বা?. ঐদি অথুম-অহাও সন্দেশ থনম্মলি।"

নিমাইনা খুমকই – "অথুম-অহাও কবোক লৈপাক্না করি খেন্নরগা ইমা! কবোক্তি লৈপাক্তগী থোরকই। ভাইবগী ত্রোরাম

ভোঙানবা পোৎশকশিং অসিদি লৈপাক্কী তোঙান ভোঙানবা মওংনি। মথম মখা অয়াম্বা লৈপাক্কগী পোৎ পুম্নমক থোরকই।"

অদুগুম্বা অরুবা জ্ঞানগী বাহৈশিংদু অভাংগী মচিন্দগী তাক্লা মমা শচী পুম্নক ঙকখ্রে, অদুদগী তপ্পা তপ্পা হায়রকই—"অদুবুদি চুপ্মিদা ইচাসিদি—অদুবু লৈপাক্কগী থোরকপা মহৈমরোং চায়গদি হকচাং মোই পেল্লি, অদুগা লৈপাক লৈহিং চায়বদি অনাবা পোকই।"

"অদুদি মদু ঐভোন্দা হায়া তাকপিত্রিবা করিগীনো?" ফরে, কৌজিক্কগী লৈপাক অমুক চায়রোই, চাক লায়গা খঙোম থরুনি।" অসি হায়রগা নিমাইনা মমাগী তম্বাক্তা চোংশিল্লক্লে। নোংমদা নিমাই অসি অসুম শায়বদগী গঙ্গ মপান য়োখ্রে। মতমদুদা হুরানবা অনিথক লক্কীদা চৎলম্মী। নিমাইগী মশাদা মমল য়াম্লব সনাগী লীক উবদ মভোন্দা চংশিল্লগা হায়রকই, "অ—অভাং ওক্কবা, নং অসিদা কোইদুনা লৈরি—নম নপাদি নংবু থিবদ খোঙ্গৈরেন মশা পাইরম্লনি। চৎসি—চৎলো—কোল্লু—নয়ুমদা থিনবিরমগে।"

নিমাই আপত্তি তৌদে, অদুম্মক য়াই। হুরানবা অমনা নিমাইবু পোখৎলে, অদুগা হুরানবা অমনা খারী-খাতাই শাদুনা মাবু শুক্কৎনব তৌই। অদুবু হাঃ হরি! হুরানবশিংদু লক্কী লম্মাংনরে। লক্কী মথং মথং কোইথি থিরব মতুংদা মক্লৈথংদা জগন্নাথ মিশ্রগী য়ুমদা থুংলুরে।

মপাবু উবদা নিমাই অসি হুরানবগী নঙ্গন্দগীদা চোংথরক্কনা 'পাবুং' হায়দুনা মপাগী মনাক্ত চেনশিনখ্রে। হুরানবশিং অদুসু পতি তৌনিঙাই লৈত্রদুনা নাথৈদুনা চৎখ্রে। নিমাইগী মচিন্দগী

যা। পূন্নমক তায়বা তুংদা ওশাই লাক্লম্বা মীশিংদু হুরানবনি হায়বা জগন্নাথনা খঙবা ওয়ে। ভগবান্না হুরানবশিংবু ভুলাইদুনা মথবাইদগী হেন্না নুংশিবা মচাবু কনবিরম্নে হায়না মপাবুঙনা থল্লি। থৌদোক অসিদগী পলেম-পম্বৌ অনিনা নিমাইবু মতম লৈবথিবিক্তা মিংকী কায়ন্নুংদা মতম চুপ্পদা থমথরে।

অদুবু কৈরোই লৈকাইগী মীশিংনা নিমাইগী উপদ্রবগী মরমদা য়াকংলকপসিদা শচী দেবী তপথবা ওমদ্রদুনা মচানিপাবু খরা থিনা চৈরে। মসিদা নিমাইনা শাওরদুনা য়ুমগী পোচৈচ লম্বাইরে, চকু-চনাই থুগাইদুনা ইচাই চাইরে। অদুগা নোংমদি মাবু কাগে হায়-দুনা তায়বদা নিমাইনা য়াম্না য়াংনা চেনখিদুনা লুখাককোম মনুংদা চফুগুম্বা তোংলপ তৌবা মফম অমদা ফমদুনা লৈথোকখ্রে। শচী দেবীনা অদু ফাওবদি চংশিনবা য়াদ্রদুনা মচানিপাবু গঙ্গাদা ইরুজ-থোক্লগা চংলকউ হায়দুনা চৈবোই থেম্বোই তৌদুনা কয়া হায়রে। মসিগী পাওখুম ওইনা নিমাইনা ব্রহ্ম-গুন্না থল্লবা য়াহৈ কয়ামরুম হায়দোরকপা তাবদা মমা শচী অদু ইঙক ওকখিদুনা নুংগী মূর্ত্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে।

নোংমনা মচা নিমাইবু য়ারক্কে হায়দুনা তৌরুবদা নিমাইনা তেম্বাক্লা থারক্তুনা মমা শচী য়াম্থরে। মাইগৈ মরিদগী নুপীশিং চেনরক্তুনা মমা শচীবু লাইকম্নরে। অদুবু শচী দেবী জ্ঞান তাবা লৈত্রে। মমাগী মতৌ উবদা নিমাই য়াম্না মথয়াই নুংঙাইদ্রে, অমম্নুং মচি অমদা লেপ্তুনা কপলক্লে। নুপী অমদি থোয়াং য়াম্না হৈবম্মী। নুপী অসিনা নিমাইগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রুরে—

"হৌজিকমক য়ুবী অমিদং পুরকপা ভল্লবদি নংগী নমাগ্নি জ্ঞান তারক্কনি।"

মতমডুদা য়ুবী ফংবসি য়াম্বা লুবা থবক্নি। অতুবু য়া অসি তাবদা প্রব প্রব চেনখ্রগা থুদক্কা য়ুবী অনিখক পুরক্লে। খুঁপী পৃম্নমক মহাক্কী মতৌ অসিদা ভক্নরে। শচী দেবী জ্ঞান তাক্লে।

হিরণ্য ভাগবত অমসুং জগদীশ পণ্ডিত ব্রাহ্মণ অনিশি জগন্নাথ মিশ্রগা য়ুমলোম্নরম্মী। ধর্ম্ম চেনবা ব্রাহ্মণ অনি অসিনা নিমাইবু য়াম্বা লুনা তৌরম্মী। একাদশী সুমিৎ খুদিংগী ব্রাহ্মণ অনি অসিনা বিষ্ণু পূজা য়াম্বা চাউনা তৌই। নোংমা একাদশী সুমিত্তা বিষ্ণু পূজা তৌগ্রিভৈগী মমাংদা নিমাইনা পূজাগী বালভোগ অমসুং ফলমল খোৎ খোৎপা মুন্দুনা চাথোক্লে। মী পুম্নমক্না কিম্নবাই খংবোক্ত 'হায হায়' করম্লো হায়না নিক্নরে অতুবু পণ্ডিত অনি অসিদি মহে য়াল্লে, ধণ্য ওইরে হায়না য়'ম্বা হরাওরদুনা ময়াম্বু য়েংলগা হায়রকই—"অসুক কুইরবগী মতুংদা কচ্চবা পূজা মহে য়াল্লে—ইষ্টদেব মখুৎমক্না পূজাগী ফলমল লৌবিরে।"

জগন্নাথকী য়ুমদা মখল মখা অয়াম্বা অতিথি লাকই। জগন্নাথ অমসুং শচী দেবী মতৈমনাও অনিনা ভক্তিগা লোয়ননা ময়ামগী সেবা তৌই। সেবালাংবাদা পেল্লভনা অতিথিশিংদা শচী দেবীনা খোংথাকপা চাক-হেঞ্জা' হরাও-হরাওনা চাই। কনা কনাগুম্বশিংনা সিথা ওইন পুরক্তুনা কৎলগা মখুৎ মক্না খোংলগা চাদুনা চৎখিবসু য়াওই। নোংমদি সিথা পুরকপা অতিথি অমনা থোং-থাকপা লোইরদুনা চারমদাইদা মমিৎ উইশিন্দুনা ইষ্টদেব খুরুম্নিভৈদা

নিমাইনা চাক চখোম অমা লাক্কুনা চাথোক্লগা লুখাক ওইহল্লগা হৌত্তনা চেনখ্রে।

মসিদা জগন্নাথ অমসুং শচী দেবী ঈকাই-খুংশি য়াম্লম্লে। মতে মনাও অনিনা হায়জমনবদগী অতীথি অদুনা অমুক থোংঙুনা চানবা তৌরে। অদুবু হন্দকমুকসু নিমাইনা লাক্কুনা চারগা লুখাক ওইহল্লে। অসুম্বা অহুম্লক নিমাইনা লাক্কুনা চাম্নবা তুংদা অতিথি অদুনা লুখাক অদু য়াম্না হরাওনা প্রসাদী ফংলগা জগন্নাথ অমসুং শচী দেবী অনিবু 'ধণ্যানি ধণ্যানি' হায়না হায়রম্লগা খোং-শানখি।

গঙ্গাগী হিদেন তাফমদা মুপী লৈশাবীশিংনা স্নান তৌরগা পূজা হেক হেক তৌই। নিমাইনা মখোযগী মরক্তা চংশিন্দুনা ফম্লগা হাযরুই—"ঐবু পূজা তৌ, ঐনা নখোয়না পাম্বা বর পীগনি।" অসি হায়রগা কনাগুম্বী লৈশাবীগী লৈ পরেং অদু লৌরগা মভক-শমদা হুকচিপ্লে কনাগুম্বীগী হৈব্বক লাক্কুনা চাথোকই, কনাগুম্বী লৈশাবীদগী লৈ লৌরগা মখোংদা থম্মী। মসিদা নিঙভাই তৌদবা লৈশাবীশিংদা নিমাইনা হায়—"নখোয়গী বরদি মশক য়াম্না ফজবা, মহে য়াম্না হৈবা, মবুক য়াম্না চাউবা বর ওইগনি—নচানিপা অরেৎ

অরেৎকী মমা ওইগনি।"

লৈশাবীশিংনা মপাম্মোংদা শাওশিন্নরবসু, মথরাইনদি পেল্লদুনা পূজাগী হৈ-রা, ফলমল পূম্নমক নিমাইদা পীজে। অদুগা কনা কনাগুম্বীশিংনা নিমাইবু হেক উবদা কিদুনা পূজাগী পোচ্চং পূম্বা পুদুনা চেন্নবসু য়াওই। নিমাইনা মখোয়শিং অদুদা হায়—"ঐভোন্দা

করব্রবদি নখোয়গীদি হন্নুবদা রাইথুংগনি, অদুগা মরি লোননবী অজোনবী ওইজনি—মতমদুদা থঙ্গনি হায়বা।"

মুপীশিংনা কিরবুনা অমুক হপ্পিল্লক্তুনা পূজাগী পোৎলম পূম্নমক নিমাইদা পীরে। মতম অসিদা নিমাইনা নোক্লদুনা হায়রকই—"নখোয়গী বরম্ন য়াম্না ফজবা, লাইরিক হৈবা হায়রবু ওইগনি—নচা তরেৎ তরেৎকী মমা ওইগনি, নফৌ-নচেংনা কোংকী য়াংলেন পক্কনি।"

নিমাইগী ওক্তবা, ঙাওশিন্নবা অমস্তুং লমহেনবা মতৌ অসিনা কৈরোই-লৈকাইবু মপাম্বোংদা শাওহল্লবস্তু মী পূম্নমক মপুক মমুংদদি নিমাইবু তাথি-তাওইনা তৌবা লৈতে; নিমাইনা অদুকী মতিক উপদ্রব তৌরগা অদুকী মতিক কৈরোই লৈকাইনা মহাকপু লূনা-চাম তৌই। নিমাই অসি নদীয়াবাসী পূম্নমকী থবাই ওইরে।

অসিগুম্বা খোঙ্গথুম্নব বাল্য-লীলা মরক অসিদা নিমাই অসি চাউরক্লে। পুংককুচাউরকপা মতাং অদুদা প্লেট-কাংগু পীদুনা য়াম্না চাউনা বিদ্যা-আরম্ভগী উৎসব তৌরে। মুমিৎ অসিদগী হৌনা অতাংগী মশাদগী অঙকপা শক্তি অমা ফুদোরক্লে। মুমিৎ খরকী মমুংদা নিমাইনা ময়েক চত্তুনা, তপ্নবা অমস্তুং বানাম্নচিংবা অসি য়ৌনা ফজনা হৈরে মদুদি—মী পূম্নমক ঙক্লদুনা মচিন থোক্লরক্লে—"নিমাইসে মমৈদা দিগ্বিজয় তৌবা মহা পণ্ডিত অমা ওইগদৌরি।"

মার

নিমাইগী নিংশিংনবগী শক্তিদি অঙকপনি, মহাক্না অমুক্তং তাখ্রবদি নুংদা য়েকপগুম্না মাগী থম্মোয় মমুংদা য়েক্তুনা লৈহোই,

অমসুং মহাক্না মচুবু থক কাওবা লৈতে। মসিগী মথক্তা চুপ্না অদুম লৈরিঙৈদা মমায় অতুকী মতিক থকপা অদুমুক লাইরিক তৌরকপ মতমদা মপুক্লিং চংই। অসিগুম্বা মগুণ অসিনা মরম ওইদুনা মুমিং থরগী মনুংদ নিমাইনা মমান্নবশিংদগী হেন্দুনা মকোক থোংব ঙমখি। মসিদ ওঝাশিংনা মহাকপু য়াম্না চান্না তৌরে। মতম অসিদ থৌদোক অমা থোকখি।

মতম অসিদা নবদ্বীপতা অদ্বৈতা আচার্য্য, মুকুন্দ দত্ত, মুরারি গুপ্ত, শ্রীবাস অমসুং গদাধরনচিংব পণ্ডিত, সাধু অমসুং সন্ন্যাসী শিংনা মতম চুপ্পদা পূন্না ফম্মিন্নরগা ধর্ম্ম চর্চ্চা অমসুং হরি সংকীর্ত্তন্নচিংবা তৌই। নিমাইগীময়াম্বা বিশ্বরূপসু মরক অমিদা তিন্দুনা ধর্ম্ম চর্চ্চা য়াওই।

বিশ্বরূপ অসিদি মশক মতৌ য়াম্না ফজবা নিপা অমনি। মসিগী মথক্তা চহি য়াম্না নৌরিঙৈদা লাইরিক লাইশু য়াম্না লৈরবা পণ্ডিত অমা ওইরক্লে; মরম অসিনা লৈবাকমচা পূন্নমক্না মহাকপু য়াম্না লূনা তৌবগা লোয়নননা ভক্তি তৌই। অদুবু বিশ্বরূপ অসি সংসার য়ুম্বান-কৈবান অসিদা করিনতা থরাই তাদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সংসার অসিদা মথরাই ইত্তা তাদবা মতৌ অমা তৌরকপদুনা মহৈ-মশিং হৈদুনা পণ্ডিত ওইরক্লবা মতম অসিদদি সংসার বৈরাগ্য অসি হেন্না কনশিল্লক্লে। মসিগী মথক্তা ভক্তশিংগা তিন্নদুনা তত্তনা ধর্ম্ম চর্চ্চা তৌবদগী অমসুং হরিনাম শোনবদগী মমৈদদি সংসার অসিদা মথরাই শুকচং চংখিদ্রে।

অসোমদনা বিশ্বরূপকী মওং মতৌ অসি উবদা জগন্নাথকা শচীগা অকিবা অমা পোক্লক্লে। নিমাইগী 'চুড়াকরণ'গী কর্ম্ম পাংথোকপা মতুংদা বিশ্বরূপবু মযুম পালহন্নবগী থৌরাং তৌরক্লে। অদুবু পলেম পম্ভৌ অনিগী আশা অসি থুংখিদ্রে। লুহোংবগী মা অবদা বিশ্বরূপনা অহিং অমা মযুম থাদোক্কুনা সন্ন্যাসী ওইদুনা চংখ্রে।

থৌদোক অসিদা জগন্নাথ মিশ্রগা শচী দেবীগা অনি অসি মথৎবাই য়াম্না সুংঙাইত্রে। নিমাইনা পুক্লিং লৈতানা মহৈ মশিং তম্বদা পুক্লিং চংলে। মহাক্কী অঙকপা বিদ্যা অভ্যাস অদু দেশ শিনবা থুংনা খঙনখ্রে। ভারতকী অচৌ অচৌবা পণ্ডিতশিংনা মহাকপু পরীক্ষা তৌগে হায়দুনা লাক্লগা মখোয় মশামক নিমাইগী মফমদা মাযথিদুনা হন্নখরে।

থৌদোক অসি উবদা জগন্নাথ মিশ্র য়াম্না চিংনরে। ময়াম্বা বিশ্বরূপসু অমুম্না লাইরিক য়াম্না হৈরগা সংসার অসিবু লেপ্তবনি খন্দুনা লম্বোইখি। নিমাইসু অদুম তৌদুনা লম্বোইখিগদরা? মসি খনবদগী নিমাইগী টোলদগী পুথোক্লগা লাইরিক তম্বা তোকহল্লে।

অদুবু নিমাইদি মসিদা যাম্না সুংঙাইত্রে। লাইরিক তম্বদা মহাক অসি য়াম্না পুক্লিং চংই লাইরিক তম্বা তোকপা অমিদা তপথবা ঙম্নকত্রদুনা— লমহেনবা থবক মহৌশাদগী শরুক চাম য়েম্না তৌখৎলক্লে। কৈরোই লৈকাইনা মাইগৈ খুদিংদগী লাওবা হৌনরক্লে, অমসুং নিমাইবু লাইরিক তম্বা তোকহল্লুবগী দমক জগন্নাথ অমসুং শচী দেবীদা বাকৎলরে।

মতম অসিদা নিমাই অসি চহি মাপনক্তা মঙাইরি। মপা জগন্নাথনা মুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা নগুণ থাংবিয়ে। অমুনা গঙ্গাদাস পণ্ডিতকী টোলদা অমুক লাইরিক তম্নরে।

নবদ্বীপতা ব্যাকরণ খ্বাইদগী হেন্না হৈবা পণ্ডিততি গঙ্গাদাস অসিনি। মহাক্কী টোলদা তম্বা ফংজবসিদা নিমাই অসি শরুক চাম হেন্না হরাওরে। নিমাইনা লাইরিক্তা অসি য়ৌনা মথক্তাই চংনা হোৎনখ্রে মতুদি—সংসারগী করিগুম্বা থবক অমদা মহাক্কী বাখন লৈখিদ্রে অসুম তৌত্রুন্না মুমিৎ খরতগী মতুংদা নিমাই অসি অচৌবা পণ্ডিত অমা ওইরক্লে।

মতম অসিদা জগন্নাথ মিশ্র লোইরে। মপাগী শ্রাদ্ধনচিংবদু শাস্ত্রগী মতুং ইন্না পাংথোক্লম্নগা টোল অদুদা মুমিৎ খরা চংলা তমখি। মসিগী মতুংদা নিমাই অসি খ্বাইদগী হেনবা অচৌবা পণ্ডিত অমা ওইরদুনা মশামক্তা টোল অদু পুরে। নিমাইগী মপা লৈতনা হৈবা বিদ্যা অসি দেশ শিনবা থুংনা তানরম্মী; মরম অসিনা মহাক্তা টোল পুরে হায়বা তাবদা ছাত্র পুম্নমক মহাক্কী মনাক্তা হোচ্চিনরক্লে। নিমাইগী লাইরিক মতম্বী অসিদা ছাত্রশিংনা অতৈ টোলদা তম্বা ছাত্রশিংদগী য়াম্না হেন্না হৈরে। অসুম্না ছাত্র অয়াম্বা মহাক্কী টোলদা লাক্লুনা টোল অদু চিন্না চাইনবা ঙমদ্রে। মসিগা লোয়ননা নিমাইগী মিংচৎমসু অমুক হেন্না পাক চাউনা শিনখ্রে। মীপুম খুদিংমক খোঞ্জেল অমতদা হায়নৈ—"নবদ্বীপতা নিমাইগুম্বা অতৈ অতোপ্পা পণ্ডিত লৈতে।"

মতম অসিদা নিমাই অসি পাখণ্ড ফারে। মমা শচীনা বনমালী ঘটকা তান্নদুনা বল্লভ আচার্য্যগী মচানুপী লক্ষ্মীগা লুহোংহনবে অমুম্মা শচীদেবীগী যুমদা হন্নাওবগী ঈথক হৌরক্লে।

লুহোংবগী মুমিৎ খরগী মতুংদা নিমাইনা নোংপোক বঙ্গদা চংলুই। নোংপোক বঙ্গদা লৈবা মীশিংনা হান্নদগী নিমাইগী মরমদা খঙখি। নিমাইনা মফম অদুদা হেক চংপদা ছাত্রশিংনা মতোন্দা লাইরিক তম্নবা হোৎচিন্নরক্লে। ছাত্রশিংগী মথক্তাই য়াওবা মতৌ অদু উবদা হন্দোকপা ঙমদ্রবা লাইরিক তম্বিরে। অমুম্মা নোংপোক বঙ্গদগী থুনা যুমদা হল্লকপা য়াখিদ্রে।

নিমাইগী অঙকপা ফংবা বিদ্যা অমসুং লাইরিক তম্বিবা হৈবগী অঙকপা ফংবা শক্তি অদু দেশ শিনবা থুংনা শন্দোকখ্রে। মসিগা লোয়ননা অনৌ অনৌবা 'ম শং লাকঙমদ্রবা ছাত্রশিং মাগী' নাক্তা চংলক্লে, অমসুং লুপা শংবাসু প্রোপ প্রোপ কেল্লে। অদুবু যুমদা য়াম্না তমখিবা লৌদোক অমা থোকপগী পাও তাবদা নিমাই অমুক পাম্বা ঙমখিদে।

নোংপোক বঙ্গদ নিমাইন ছাত্রশিং তম্বিবদা থক্তাই হকচাং লুপ্নিজৈদা মাগী মুপী লক্ষ্মী দেবী অসি লিন্ন চিকখ্রেনা শিরে। থোক্লোক অসিদা শচী দেবী থক্তাই য়াংগা শোকখ্রে। নিমাইনা যুম রোযগা মমাবু থেমজিন্নবগী দমক বিষ্ণুপ্রিয়াবু লুহোংলে।

মসিগী মুমিৎ খরগী তুংদা 'কেশবাচার্য্য' কৌবা দিগ্বিজয়ী পণ্ডিত অমা নবদ্বীপতা লাক্লে। নোংমা নিমাইনা গঙ্গা মপান্দা কয়গা ছাত্রশিং খরগা শাস্ত্রগী মরম নৈনরম্মী। দিগ্বিজয়ী

অমুবা মকম অদুদা চৎশিন্নগা মমিং অমা লাণ্ডথোক্তুনা য়েংনবা হৌরকয়ে।

অদুবু—হরি হরি—ভাইহাক্কী মতুংদা দিগ্বিজয়ী অদু নিমাইগী মপুত্তা মায়থিদুনা মমায় মায়থোং লাংশিন্না বিদায় লৌবা তাখি।

থোদোক অসিদগী নিমাইগী মিংচৎ মপূং ফাগ্রদবা অমা থাংলম্মা অদু. মপূং মন্না ফাদুনা দেশ বিদেশ শিননবা হৌরা শন্দোকখ্রে। নিমাইগী মিং অসি পণ্ডিত পূম্বমন্না শোয়খ্রে-অসিগী মতুং মুমিং থন্না লৈরগা নিমাই গয়াদা থোঙলাল্লি।

মঙা

মতমদুদা গয়াদা 'ঈশ্বপুরী' কৌবা সিদ্ধ ওইরবা মহাপুরুষ অমা লৈরম্মী। নিমাইনা গয়াদা চত্তুনা পিতৃপুরুষকী পিণ্ডাদান চিংবা তৌরগা মহাপুরুষ অসিগী মফমদা লাইমিং লৌরে। লাইমিং লৌ-রবা মতুং অসিদগীদি নিমাইগী পুন্সিগী ঈচেল অসি ঈহৌ অমা ওইনা তৌখ্রে।

নিমাইগী মহৌশাগী লৈতাদবা মতৌ মাংখ্রে, মহেগী নাপান উবা ফংদ্রে, মথল খুদিংগী নাপন মুংখ্রে—ভক্তিগী ঈহৌনা থম্মোয়গী মকম খুদিংদা ঈথক হৌরক্লে। নিমাই অসি অত্তোনবা পুম্বমক্কী থাইদগী তোনবা হায়বদু ওইরক্লে, অহিং মুংখিল থাক্তনা মিত্তা ভক্তিগী ঈরা শিন্থয়ে। হরিনাম অস্নুম-অস্নুম শোনবদা অত্তুং অমম লৈতনা ভক্তিগী ঈরা শিন্থয়ক্লে।

ফিভম অসুম তৌনা নিমাইনা মুমদ হন্নকপা কতমদা শী পূম্নমক ইভক ডক্লদুনা মহাকপু য়েংনরে। মহাকপু মমাংদগী নিমাইনি হায়বসি কনাগুম্বা অমতনা খঙবা ঙম্নদরে।

নিমাই অসি হরিনামদা পূমলুপ লুপখ্রে, পূমভাও ভাওখ্রে।

নিমাইগী শারুং-লীচং হোংলকপগা লোয়নমা মহাকী শকক্‌ম অসুম্‌ শরুক লিশিং হেন্না ভাম্ভোইরক্লে। মমাংঙৈদা থক উখি-অাখিত্রিবা মভাল অমনা মাগী কোকথক্তা ভত্তনা তনিক তনিক ভাকবগুম তৌই। নিমাইবু য়েংলবা থুদিংমক শুম্মখলে, ভকখিবনা হা ভাংবা থোরদে, নিমাইগী কোকথক্তা করম্বা লাইদা শাইওন্দুনা ভাইবংপান্দা ভাম্ভোইরিবনো হায়বসি মখোয় থুদিংমক্না নিংলৈ।

নিমাই অসি তাইবংগী করিগুম্বা পোংশক অমদা পুক্লিং চংল্রে, শাস্ত্র নৈনবা তোকথরে, ছাত্রশিংবু হলহনখ্রে, অহিং সুংথিল হরিনাম শোন্দুনা মাইগৈ ম'র অসি থুক্কৎলে। নিমাইবু ফিভম অসিদা উবদা অদ্বৈত, শ্রীবাস, মুকুন্দ, হরিদাসনচিংবা ভক্তশিংসু নিমাইগীদা চোংশিনখ্রে। ভক্ত ময়ামশিং অসিনা নাম-সংকীর্ত্তন য়াম্না চাউনা তৌরে।

ভক্ত কাংবু অসিগী মকোক্তি অদ্বৈত আচার্য্যনা ওইরম্মী। নিমাইগী মশাদা ভগবানগী মতান উবা ফংদুনা ভগবানগী 'বিশ্বরূপ' উনবগী মমক নিমাইগী চরণদা ওনথোইরে। নিমাইনা মহাকী শিংজবা আশা থুংহনবিখি। শ্রীবাস ঠাকুরসু অথোইবা ভক্ত অমা ওইরম্মী। মহাক্না নিমাইবু কাংথক্তা ফমহন্নগা অভিষেক তৌরে। কাংথক অতুদা নিমাইনা শ্রীবাসতা মথল মথা অয়াম্বা ঐশ্বর্য্য উহন্দুনা শ্রীবাসকী নিংবা থুংহনবিরে!

মতম অসিদা ভক্ত কাংবু অসিনা নিমাইবু শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী রূপতা অভিষেক তৌদুনা ভক্তিগী ঈপাক্তা তাওরে। হরাওবা অমসুং নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈনদ্রে। নুমিদাং-বাইরম খুদিংদা শ্রীবাসকী য়ুমদা মহাপ্রভুগা লোয়নন ভক্তশিংনা মথুম মরাং হৌনা সংকীর্ত্তন তৌরে। পাও অসি তাবদা নিত্যানন্দ লাক্তুনা গৌরাঙ্গগা তিন্নররে। গৌরগা নিত্যাইগা হন্দক তিন্নখিবসিদি ওইন্থোক্লা জুড়া চাখ্রে, মণিগা মুক্তাগা পকশিন্নবগুম থোকখ্রে।

অসোমদনা কমদৌরি— নিমাইগী মতৌ উবদা লৈকাইগী অপংবা মীশিংনা মমা শচীদা পাওতাক পীরে—"নং নচাসে ঙাওরবনি, অফবা মাইবা অমা থিরগা নচা নিপাবু লাইয়েংহৌ। অঙাওবা মরক্ত তিলহনগনু। মাগা তিন্নরিবা কাংবু অসিনা নিমাই পুরগা য়াম্না ঙাওশন-ফৈজিন্নবগী থবক অসি অসুম চথরবদি কাজীগী খান্নবা মিৎয়েং তাখিনি। কাজীনা অমুক্তং য়েংশিনখ্রবদি মতু করি থোক্লগদগে হায়বদুদি মীপুম খুদিংনা খঙনরবনি।"

কৈরোই লৈকাইগী রা তাবদা মমা শচীগী অরাবা অমসুং অকিবা ঙমখৈ লৈখিদ্রে। থরাইগী মণি ওইরিবা নিমাইনা গয়াদগী হল্লক্লগা তৌরিবা মতৌ অসি খল্লুবদা মমা শচীগী থম্মোয় পুবা য়াদ্রে। মসিগী মথক্তা নিত্যানন্দসু লাক্তুনা নিমাইগা তিন্নরগা জগোই শাদুনা অমসুং ঈশৈ শক্তুনা ঙাওশিন্নে হায়রিবা মতৌ অসি উবদা মমা শচী তপথবা ঙম্লকত্রে। করি তৌগদগে হায়বা খঙদ্রদুনা চম্মমনদুনা লৈরিঙৈদা শ্রীবাস ঠাকুর লাক্তুনা শচী ঠাকুরাণীদা হায়ররে "ইমা, খঙদবা মীনা পংহায় হায়বা লৌবিগনু; মখোয়না নচা

গোরাচাঁদগী মরমদা করিস্থ খঙদবনি। নচানিপা অসে থক্তা সুংশিং হাইগন্তুনা নাবা নত্তে, ঈশ্বরগী মফমদা অচেৎপা ভক্তি লৈবা শ্রী-শিংদি মতৌ অস্নুন্না তৌগল্লি। ঐ ইমাদা নমথাক তৌদুনা হায়জবা নত্তে, শাস্ত্রনা তাকপা বাহে খুদিংমক চোইচাং ওন্দুনা য়েংবদা অয়েক্না প্রমাণ য়াম্না ফংলে—নচানিপাসে অচম্বা মী নত্তে। ইমা, নংদি লাইবক ফবীনি, মরোল অহুন্বা ফংঙমদ্রবা নচাবু গর্ভদা পুদুনা ফংজরে, ধণ্যনি ইমা। নচা অসিনা ইমাগী শাগৈ অমস্তুং ইপা ইপুবু থাঙ্গৎপদা নত্তনা তাইবং পূম্বা য়াইফগদৌরিব পাপ চেনবা কয়াবুস্থ লানবিগদৌরি। নচাগী মিথ্থে অসে মীপূম খুদিংনা মালা জপ তৌদুনা শোন্নরগনি।"

শ্রীবাসনচিংবা ধর্ম্ম লৈবা পণ্ডিতশিংদা শচী ঠাকুরাণীনা য়াম্না থাজে অমস্তুং ভক্তি তৌই। মরম অসিনা শ্রীবাসকী বা তাবদগী শচী ঠাকুরাণী অবাবা পোথাই অমস্তুং চিংনরম্বা পূম্বা কোকই।

নিতাই লাক্তুনা নিমাইগা তিন্নখিবদগীদি অঙক অঙকপা বা য়াম্না তানরক্লে। নিতাইনা নিমাইবু চেৎনা কোনশিন্দুনা ফন্মিনরগা হায়রকই—"ভাই, নংগী লীলা অমতং ঐবু উহনবিদুনা ধণ্য ওইহনবিয়ু। নংগী পাম্বোম তরুক পানবা শ্রীগৌরাঙ্গ রূপ অদো য়েংনিংবনা ঐ য়াম্না লাঙতক্লরে—অমুক্তা রূপ অদু ঐন্তোন্দা উহনবিয়ু।"

ভক্ত অথোইবা অমস্তুং শায়োন মাঙজিন থাজ নিত্যানন্দগী আশা অসি থুঙহনবিদনা লৈথোকপা ঙমদ্রে। মরম অসিনা নিমাইনা

পান্থোম তরুক পানবা শ্রীগৌরাঙ্গ রূপ লৌরগা হায়রকই—“দাদা, ঐগী কলিযুগকী মূর্ত্তি য়েঙবিরো।”

অতুদগী অনি পূন্না চঙমিন্নখ্রগা মমা শচীদা রাম কৃষ্ণগী রূপ য়েঙহল্লুরে। শচী ঠাকুরাণীগী মমিং পাঙলে, বজ্রগী কানাই-বলাইবু —হন্দকমুক নিমাই-নিতাই হায়না মচা ওইনা ফঙজবসিদা মমা যশোদাগী মচা মুংশিবগী প্রেম্না থুক্কৎখ্রে।

মসিদগী মহাপ্রভুনা ভক্তশিংদা মখল মখা অয়াম্বা ঐশ্বর্য্যগী রূপ উহনবিদুনা ভক্তশিংবু হরিনামদা পূমলুপ লুপহল্লে। ভক্তশিংগী থবাইগী মণি ওইনা নিমাইনা মহামন্ত্রসি তাকপিরে—

“কলিযুগতা নাম ওইনা কৃষ্ণ শায়োন লৌই।
নামদগী তাইবং পূম্বা অরান খুভম ফংগনি।” চৈতন্যচরিতামৃত ॥

নবদ্বীপ সহরদা হরিনামগী নোংলৈ-মুংশিং হৌরে। শ্রীবাসকী য়ুমদা নিমাইনা নিতাইনচিঙবা ভক্তশিংগা লোয়ননা অহিং-মুংথিল খাক্তনা হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌরে। নবদ্বীপতা অনৌবা পুন্সিগী ঈথক অমা ঈপাক চাউনা হৌরক্লে।

নোঙমা নিমাইনা নিতাই য়েঙলগা হায়রকই—“দাদা, হরিদাস পুরগা নবদ্বীপকী য়ুমথোঙ খুদিঙদা হরিনাম প্রচার তৌবিয়ু।”

গৌরাঙ্গগী য়াথং ফংদুনা নিমাইনা হরিদাস পুরগা নদীয়াবাসী-শিংগী য়ুমথোঙ খুদিংদা হরিনাম প্রচার তৌবা হৌরক্লে। মতম অসিদা নোংমদি লম্বীদা ফত্রবা য়ুভাওবা অনিখক থেংনরে।

য়ুভাওবা অনিসি লম্বীদা খৎনরম্মী, চৈনরম্মী অমসুং অকিবা ফংলবা উৎপাত কয়ামরুম তৌরম্মী। মী পূম্নমক কিখিবনা

অথাপ্পদগী হৌনা মহৈ মহৈ থৈদোক্লরম্মী। মতৌ অসি উবদা নিতাইনা থম্মোয় নুংদা ঈরা শিন্থে। লৈখা তারবা অনিসি য়েংবদা অৱাবগী মশক্তি, অনিসিবু হরিনামদা লাইমিং লৌবিদুনা কনবি-রবদি থাঙ্গেশেংবা ধর্ম্ম প্রচার হায়বদু ওইগনি হায়না নিতাইনা মপুক্লিংদা খল্লি।

অচৎ অওকতা হংবদা য়ু ভাওবা অনিসি জাগাই মাধাই কৌই। হায়বসি নিতাইনা খঙবা ঙম্লে। মখোয় অসি ব্রাহ্মণ মচানি; অদুবু অঙাং ওইরিঙৈদগী সঙ্গ ফৎলক্তদুনা য়ু থকপা ওক্তবা হায়বদু ওইরবনি।

মসি তাবদা নিতাইনা জগাই মাধাইগী মনাক্তা চেনশিনখ্রে। মীয়াম্না নিতাইবু খাম্লবা হোৎনৈ অমস্তুং জগাই মাধাইগী মনাক্তা চংলুরবদি হিংলরোই হায়না খাম্মি। অদুবু নিতাইনা হায়রিবশিংদু অমতা তাবা লৈতে। থম্মোয়গী থৌইন্সিন্না নিতাইনা মখোয়গী মনাক্তা হোচ্চিনখিদুনা হরিনাম তাহল্লুরে।

থৌদোক অসিদা য়ু ভাওবা অনিদু মৈ হৌবমথৈ শাওরে; মাধাইনা চফু মচেৎ অকাইবা অমনা নিতাইদা লংঙকই। নিতাইগী মকোক্তা পান্দুনা য়াংখাইরে অমস্তুং ঈ অর অর শিন্থরক্লে। অদুবু নিতাইনা মখোয়দা করিমতা চিংনদে, করিমতস্তু শাওবা তৌদে, থোই-নত্তম নোকমি নোকমি তৌরদুনা মাধাইদা হায়রকই—"ফুরে, য়াম্না ফরে ভাই, অমুকস্তু ফুনিংলবদি ফু, অদুবু হরিনাম অমুক্তা শোল্লু। ঐনা মখোয়দা নোল্লুক্কা হায়জরিবসিনি—হরিনাম অমুক্তা শোন্দুনা মসিদা করম্বা নেশা পকপগে হায়বদু অমুক্তা য়েংউ।"

অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি য়ুভাওবশিং অদুনা থক থেঙন-রকত্রি মখোয় পূমণক ভরে। ঈ শিন্থবা উবদা জগাইগী থম্মোয়দা থৌজানগী ঈহৌ অমা হৌই। নিতাইগী ঋা তাবদা মাধাইনা অমুকস্থ ফুগে হায়না চংশিল্লি, অদুবু জগাইনা মাধাইবু ফাজিন্দুনা থাম্মি।

অসোমদনা পাও অদু তাবদা নিমাইনা মাগী শিষ্য কেলবশিং পুদুনা লাক্লে অমসুং মাধাইদু য়ায়রুবা থৌয়াং তৌনরক্লে। নিতাইনা যাম্না থুনা চংশিল্লক্তুনা থায়রে—"নত্তে, নত্তে, মাধাইগী দোষ অমতা লৈতে। মাধাইনা মখোঙ থাংজিল্লকত্রিভেদা জগাইনা ফাদুনা থামখ্রবনি। খুজিন খুনাম্থোকতগী ঈ থর' তাখ্রে, মসিদা ঐ করিমত অনাবা ফাওদে।"

নিতাইগী ঋা অসি তাবদা মাধাই অসি ইখঙ খঙহৌদনা জ্ঞান তারক্তুনা মপুক্লিংদা খল্লি, "মহাপুরুষ অসিবু কনানো অস্থক থিনা ফুরব ফাওবদা ঐবু ঙাকপিনবা থরাই হকচা' যাওনা হোৎনরি! ওঃ তুক্কচ্চেদা, ঐদি যাম্না লানবা থবক তৌকরেদা।"

য়াখল অসি অস্থম খনবদা মাধাইগী মপুক্লিং হনবা হৌরক্লে। অসোমদনা জগাইনা মাধাইবু থাম্মি হাযবা তাবদগী নিমাইনা জগাইবু য়াম্না নুংশিনা কোনবিখ্রে। নিমাইনা শোকপিবসিদা জগাইগী পাপ পূম্নমক কোকখ্রে, থম্মোযদা অনুতাপকী মৈ চাকপা হৌরক্লে। জগাইনা নিমাইগী চরণ পাইদুনা লৈপাক'ক্তা ওনথোইরে অমসুং ঈয়া শিন্থনা হায়রক্লে—"প্রভু, ননাইবু থৌজানবিয়ু, ননাইবু

থোৌজানবিয়্—মহাপাপী ঐসে প্রভুনা থোৌজানবিগ্রবদি ঐগী পাপ্বে লৈজগ্রে।'"

নিমাইনা জগাইবু থেমজিন্দুনা হায়রকই—"হরিনাম শোল্লু, কৃষ্ণনা নংগী পাপ পুম্বা কোকপিগনি। নংগী অনিংবা পুম্বা থুংহন-বিগনি - হরিদা অচেৎপা ভক্তি লৈনবা হোৎনৌ।"

নিমাইগী কৃপ ফংবগা লোইননা জগাই অসি পুমওন ওনথি-দুনা অনৌবা মীশক অমা ওইরক্লে। থম্মোয়দা হরি প্রেমগী ঈথক হৌরক্লে। হরিনাম শোল্ল শোল্লদুনা তত্তনা শিন্থরকপা ঈয়ান মশামকপু পুমথুম থুক্কচ্চরে।

মসি উবদা মাধাইসু খাংবা য়ারক্তরে। মহাকসু নিমাইগী চরণদা ওনথোইরদুনা হায়জরক্লে—"প্রভু, ঐগী পাপ্বে করি লৈরিবগে ঐদি মহাপাপীনি প্রভু।"

নিমাইনা হায়রকই—"নংনা লাল্লুবা মীশক অদুনা ভাকপিগ্রবদি নংগী উপায় লৈতে।"

প্রভুগী ৱা অসি তাবদা মাধাইনা কপ্প-কপ্পদুনা নিতাইগী মখোঙ পায়দুনা ওনথোইনা কপ্পা হৌরক্লে। নিতাইনা মাধাইবু থুক্তা কোনখৎলগা নিমাই য়েংদুনা হায়রকই—"করিগুম্বা মশোক্তা ঐনা তৌজখিবা পুণ্য কর্ম্ম পুম্নমক অদু ঐনা মাধাইদা ভসি পীজরে —নিমাই, নংনা মাধাইবু থোৌজানবিয়্।'

নিমাইনা মাধাইবু কোল্লগা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা হায়রকই—"নংগী পাপ পুম্বা কোকপা ওইরসনু—হরিদা অচেৎপা ভক্তি লৈবা ওইরসনু।"

মাধাইনা অনৌবা পুন্সি অমা ফংলে। হয়াওখিবনা হরিনাম শোয় শোয়দুনা মাধাইনা জগোই শাবা হৌরক্লে।

মু থকপা মহাপাপী হিংচাব অনি অসিনা থোইদোক হেন্না ধর্ম্ম চেনব মীশক ওইরকপসিদা নবদ্বীপবাসী পুম্নমক পুমণক ঙক্লে। য়ুমথোং খুদিংদা নিমাই অমসুং নিতাইগী অণ্ডকপা শক্তি অমুগী বাতা ভাংনখ্রে।

অসিগী তুংদা নবদ্বীপকী য়ুমথোং খুদিংদা সংকীর্ত্তন তৌবা হৌরে। মীপুম খুদিংমক সন্ধ্যা য়াচংবা মতুংদা য়ুমথোং খুদিংদা খোল, করতাল অমসুং পুং-শেনগী খোঞ্জেল্না পুমনিল বিনখ্রে। নবদ্বীপকী সুমিদাং খুদিং হরিনাম্না খোম্থাং য়ৈখ্রে।

মতম অসিদা কাজী অমা নবদ্বীপতা লৈরম্মী। হিন্দুশিংনা অসি য়েনা মখে লাংব মতৌ অসি মহাক্না তাবা হৈবা ঙমদ্রে। অহিং খুদিংগী সংকীর্ত্তনগী য়াক্লবা খোঞ্জেল্না নহাকী মনাকোংদা তাশোন ওইনা থিল্লরে অমসুং মহাকী তুম্বা কাইরে। মোংমদি খাংবা ভ্রেকত্রদুনা মহাক মশামক্না মপান থোরক্লুনা সংকীর্ত্তন মকমদগী পুং-শেম্নচিংবা থুমাইরে অমসুং সহরগী লম্বী খুদিংদা অন্না পুংজাও থিল্দুনা লাওথোকহল্লে—"নবদ্বীপতা কনাগুম্বা মীশক অদুমক্না সংকীর্ত্তন শকপা য়ারোই। ঙসিদি ঐ ময়াম পুম্নমকপু ঙাকপিয়গে, মতুংদা কনাগুম্বনা সংকীর্ত্তন তৌরবদি মরম মখুম পুম্বা মংকনি, অমসুং জাৎ তাগনি—চ্যেকশিল্লু।"

কাজীগী হুকুম অসি তাবদা মীপুম খুদিংমক কিখনা খীপাই-নরে। হরিনামগী নেশা চুরবা প্রজাশিংনা নাম শোন্দনা লৈবা

ঙমদে। অদুবু নাম শোল্লুরগা কাজীনা তৌরকদবা শাস্তি অদুদি অকিবগী মশক্তি। মী পূম্নমক কাংবু কাংবু হৌনদুনা নিমাইগী মফমদা কপ্লুরে। নিমাইনা পূম্নমকপু খোমজিল্লগা হায়রকই—"ময়াম পূম্নমক ৱাবিগন্নু, ময়াম পূম্নমক অসিদগী হনখ্রগা নিংতম্না সংকীর্ত্তন তৌদুনা নাম শোনবা য়াগনি।"

নিমাইগী য়াথং ফংদুনা ময়াম্না য়ুমদা হন্নখ্রগা সংকীর্ত্তন তৌবা হৌরেদি হায়ববু কাজীগী শাস্তি অদুদি কাওবা লৈতে। মখোয়না খরাই হকচাং য়াওন তিং শোক্না সংকীর্ত্তন তৌবা হায়বদুদি ঙম্লম্রে। অদুম্নদি ওইরগা ময়াম পূম্নমক্না হরিনামগী ঈথক্তা মনিং তম্না তাওনিংই। মসি উবদা নিমাইনা নোংমা ময়াম পূম্নমক কৌরগ হায়রকই—"ঙসিদি ময়াম পূম্নমক পূল্লগা সন্ধ্যা য়াচংবা মতুংদা নগর সংকীর্ত্তন তৌসি। ঐসু ময়ামগী মরক্তা য়াওগনি, ঙসিদি সহরগী কাচিন কোইয়া থুংনা নগর সংকীর্ত্তন চংকনি।"

য়াথং অসি ফংলদুনা ভক্তশিংনা হরাওখিবনা মথুমথরাং হৌরে। পাও অসি য়ুমথোং য়ৈদুনা য়াম্না য়াংনা শন্দোকখ্রে। মতম অসিদা নবদ্বীপকী ভক্তশিংনা কাংবু কাংবু লাক্লুনা মফম অমদা পূল্লপ তিল্লরে। মীয়াম অদু অসুম অসুম য়ামখৎলক্লুনা মহাসমুদ্রগী মশক লৌরক্লে। মসিগী মুমিৎ অসিদা নিমাইনা মশিং লাকঙমদ্রবা ভক্তশিঙগা লোইননা নগর সংকীর্ত্তন তৌদুনা কোইরক্লে।

পুঙ-শেন, খোল, করতাল অমসুঙ শিঙ্গারগী খোঞ্জেল্লা আকাশ প্যাতাল পূমনিক নিকখ্রে। মহা সঙকীর্ত্তন অসিগী হরিনামগী

নোঙক্লৈ-নুঙশিত্তা নবদ্বীপ অসি ফেৎ ফেৎ হাইরে। নিমাইনা হরিনামদ ডাওখ্রদুনা ময়ামগী মরক্তা জগোই শার শারদুনা চৎলি। ভক্তশিংনা চৎখি চৎখিবা লম্বী অদু মীনা কুক কুক ইরখ্রে, লম্বী চৎপা মীশিংসু মাগী মাগী থবক থানা কাওথোক্লুনা সংকীর্ত্তন অসিদা য়াওররে। অসুম অসুম মীয়াম অসি হারদগী শরুক মরী হেনগৎলক্লে। নবদ্বীপ সহর অসি ঙসিদি অঙকপা মতৌ অমা ওইরে।

নগরগী কাচিন কোইয়া পূন্নমক থুংলুরগা ইকোম কোমবদা কাজী অদুগী থোঙ্গান তমলক্লে। অদুবু অথাপ্পদগী মীয়ামগী খোঞ্জেন অমসুং মশিং লাকঙমদ্রব মীয়ামগী মীরাওখোন তাবদা কাজী অদু কিরদুনা লোত্তুনা লৈরে।

অসোমদন কাজীগী থোঙ্গান্দা তিন্দুনা নিমাইনা ভক্তশিংগা লোইননা শরুক তরা হেন্না সংকীর্ত্তন শকপা হৌরক্লে অদুগা নিমাই মশামক্তা থোঙজিন্দা ফম্লগা ভক্তশিং খরা থাদুনা কাজীবু কৌথোকহল্লে। ভক্তশিংনা মন্নুংদা চংখ্রগা কনামতা লৈরমদবদুদা খোঞ্জেন হৌনা কাজীবু মাইগে খুদিং ওন্দুনা কৌবা হৌরক্লে।

কাজী সাহেব লোৎপ্য য়াদ্রদুনা য়াম্ন কিনা মপান থোরক্লগা নিমাইবু তরাম তরাম ওক্লে।

নিমাইনা মোমোন তৌদুনা কাজীদ হায়রকই—“করি পাওনো কাজী সাহেব? কাজী সাহেব। ভক্তশিংগী খোল থুগাইবিখি; অদুবু নগরদা নিতিগী সংকীর্ত্তন চথরি—করিমতা হায়বিদ্রবরা কাজী সাহেবনা? অদুগা অসুক কুইবসি কাজী সাহেবকী

থোঙজিন্দা ঐখোয় ময়াম অসি লেপ্তুনা লৈরি কাজী সাহেবপু কদোমদা লেংবিরুবগে ?"

বাহং অসি তাবদা কাজীগী মচিন খুক কংখ্রে—কিরূপ কিরূপ তৌনা মাইগৈ মরি য়েংলগা লোম্না লোম্না হায়রকই—'মতুগী বাকম অদু অমুক হৌদোকপীরনু—মদু নিংশিংলুরগা ইশা অসি থক থক নিকই। নহান ঐনা হুকুম তৌদুনা খোল থুগাইরুবা অহিং অদুদা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লে। মঙদা অকিবা ফংলবা নৃসিংহমুর্ত্তি অমা লাক্তুনা পুকত ফম্লগা য়াম্না শাওনা ঐভোন্দা হায়রম্মী—"নংনা বৈষ্ণবশিংগী কীর্ত্তন থুগাইদুনা খোল থুগাইবদাই—হৌজিক্তি নংবু কনানা কনগনি ?" মসিদা ঐ হুমাং অনপ্পা কাখ্রে, বা ভাংবা থোকখিদ্রে। ঐগী ইতৌ উবদা মুংশিবিরমাল্লে মূর্ত্তি অদুনা হায়রকই—"ফৈ হন্দকমুক্তি ভাকপীরগে, অদুবু চোকশিল্লু, মতুংদা অমুক তৌরবদি খুজিল অসিনা নবুক অদু হোগাইদুনা হাৎকদবনি—নংবু কনানস্নু কনবা ভম্লোই।" অসি হায়রগা মূর্ত্তি অদু উনা উনা শ্বাই মাংখি। য়েংউ, হৌজক ফাওব ঐগী পুক অসিদা খুজিন মফম লৈরি। অদুননি ঐন। ময়াম লাকপদা লোত্তুনা লৈরুবাস। ঐ য়াম্না লাল্লুরে, ঐবু ভাকপীয়ু, ঐ কীর্ত্তন অমুক থক থুগাইজররোই।" বাহৈশিংসি হায়রগা কাজী সাহেবনা নিমাইগী খোং কোন্দুনা ভাকপীনবগী দমক হায়জরে। শিমাইনা মাবু মুঙশিন্না মথুৎ পায়রগা চিঙথৎপিরে অদুগা হায়রকই—"অরানবা পুন্বা কৃষ্ণনা ভাকপিরে—অদোমগী পাপ পুন্বা কোরে, লেঙথৎলো, কৃষ্ণগী নাম শোনবিয়ু।"

অসিগী তুংদা কাজীনা মবুক্তা তান্নিবা মমি অতু ময়ামদা য়েংহনবদা মী পূম্নমক ওক্লতুনা অমগা অমগা মহৈ মহৈ য়েংনতুনা লৈরে। নিমাইনা য়াম্না নোল্লুন্না হায়েকই—"নবদ্বীপতা কনাগুম্বনা হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌবদা কনামতনা থিংবিদনবা তৌবিয়ু হায়না ঐনা কাজীগী মফমদা হায়জরি।"

কাজীনা য়াম্না হন্নাওনা হায়রকই—"শোইদনা তৌগনি, ঐতন নত্তে, ঐগী ইহুৎ শিনগদৌরিবা তুংগী ইচা ইশু ফাওবদা হরিনাম সংকীর্ত্তন কাইদনা চথহন্নবা শিন্নরমগনি।"

কাজীগী ৱা তাবদা ভক্ত পূম্নমক হন্নাও মথোই কাদুনা হান্নদগী শরুক অনি হেন্না হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌরক্লে। হন্দক্তি কাজী মশামকস্থু কীর্ত্তন অসিদা থন্নাই হকচাং লুপখিদুনা অঙাওবগুম তৌরক্লে। মফম অতুদা মতম খন্না কীর্ত্তন তৌরন্নগা কাজীবু বিদায় তৌরন্নগা ভক্ত পূম্বা কীর্ত্তন তৌর তৌরদুনা খোঙশানখ্রে।

থৌদোক অসিদগী ভক্তশিংনা অপন অন্নাক অমস্থুং অকি অথং লৈতনা মনিং তন্না কীর্ত্তন তৌদুনা লৈরক খুল্লক খুদিংমক হরিনাম্না খোম্থাং য়ৈরে। হরিনাম অসিদা অসিগুম্বা নেশা অমা লৈ মদুদি ভক্তগী মশিং অসি নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লে। অস্তুম্না মমৈথংদদি নবদ্বীপতী নোংথক নোংখা খোন্না হরিনামগী নোংলৈ মুংশিৎ হৌরে। মসিগা লোইননা নিমাইগী মমিং অসিস্থু লিক চংপগুম্না মীপূম খুদিংগী মচিন্দা শোন্নরে। নিমাইগী অঙকপা শক্তি অসি উবদা মী পূম্নমক মশা মশানা নিমাইগী খুনাম ইন্নরক্লে।

## তরেৎ

নিমাইগী মায় পাকপা, মিংচৎ ফজবা অমসুং লৈবাক শিন্নবা খুংনা ফাওবা মতৌ অসি উবদা মাবু কল্লকপা মী কাংবু থরগী মথন্নাই চাকপা হেনগৎলক্লে। নিমাই অসিবু করম তৌরগা চিংথ-সিংগে, চোপহনসিগে, কালি তৈসিগে অমসুং মীপুম খুদিংনা মাবু সুংশিন্নিবা, চাল্লিবা অমসুং ভক্তি তৌন্নিবা অসি তোকহনসিগে হায়বসিদা অহিং সুংথিল খাক্তনা হোৎনরক্লে।

হায়ন্নিবা মী কাংবু অসি ব্রাহ্মণনি নিমাইগা লাইরিক তম্মিন্নরকপা মমান্নবনি; অদুবু মখোয় অসি মবুক য়াম্না পিকপা কল্লক মীতৌ চাওবা, ধর্ম্ম য়াওদবা অমসুং মন্নমচৎ চুমদবা মী ভাক্তনি। মখোয় অসিনা নিমাইগা মায়য়োক্লদুনা তর্ক তৌনবদি ভুমদ্রগুনা লোম্না চিরোন তৌদুনা মাইগৈ মরিদা নিমাইবু মতাং তৌবনি, ঈশ্বর থাজদবা নাস্তিকনি, ধর্ম্ম য়াওদবা পাপীনি অমসুং মশাগী ওইজবা তানবা মীশক্লি হায়দুনা শন্দোকই। মখোয়না মসিমসু হায় মদুদি শিমাইনা জাত ধর্ম্ম মাংহনগদৌরে, ব্রাহ্মণ, শূদ্র অমসুং চণ্ডাল হায়বা খাইবা লৈতরে—পূন্নমক অসি একাকার ওইহন্নবা মীয়ামদা থোক অমা তৌরে; অসুম্না মী পূন্নমকপু মাংহন্নবা নিমাইনা কন্না হোৎনরে, মসিদা মী য়াম্না চোকশিনবিনবা অমসুং নিমাইগী লাংদা থুরুদনবা মখোয়না ময়ামদা ন্নাচৎলে।

সংসার অসিদা অফবা ফত্তবা কাংবু অনিমকী মীতা লৈ। ফত্তবা মীশিংগী মচিন্দগী অসিগুম্ব মী-হুনবা ন্নাভাং অসি তাবদা থাজদবসু নত্তে। মী অয়াম্বগী থম্মোয়সুংদা নিমাইবু সুংশিবা

অমসুং ভক্তি তৌনিংবগী ঈফুৎ অমা হৌরবসু ফত্তবশিংগী য়াম্লাং অসি তাবদা নিমাইগী মনাক্ত চৎকদবা হঙোইনরে। অদুগা থরনা মথোও থাংদোক্লম্বদুসু ফত্তবশিং অসিনা নোক্লখিনি কিবনা হনজিন্নরে। অপন-অয়াক লৈতনা হরিনাম প্রচার তৌরম্বদু হৌজিক্তি থুরো অমা চেল্লে।

থোদোক অসিদা নিমাইগী মথরাই য়াম্না মুংঙাইত্রে। অদুবু করি উপায় তৌগনি? মী ফত্তবগী মচিন্দি থুংন মেনশিল্লুবা য়াবা নত্তে। নিমাইনা খল্লি—হরিনাম প্রচার তৌবা হায়বসিদি নমদুনা তৌগদবা নত্তে মসিদি থম্মোয়গা মরি লৈনবনি। থম্মোয়গা থম্মোয়গ মরি থম্নদ্রবদি নাম শোল্লু হায়রগা হেক্তা শোনগদবা নত্তে। মরম অসিনা অহানবদা মীয়ামগী থম্মোয় ফংনবা হোৎনবা তাই। মীয়ামগী থম্মোয় ফংগে হায়রবদি অহানবদা মী য়াম্না মুংশিবিবা অমসুং চানবিবা দরকার ওই। মীপূম খুদিংমক্না মুংশি-বিরবদি অমসুং ভক্তি তৌবিরবদি থবক অমতং তৌসি হায়না হৌদোক্লুবদা থরাই হকচাং য়াওনা হোৎনরকনি। মরম অসিনা অহানবদা মীয়ামগী শ্রাদ্ধা অমসুং ভক্তি অসি ফংনবা হোৎনবা তাই; অদুবু মসিদি করম্না ফংগনি?

নিমাইনা উই—সংসারগী ভোগ, মুংঙাই য়াইফবা, ওইজ-ওইথক অমসুং সনা লুপা থাদোক্তুনা সন্ন্যাসী ওইথ্রবা মীশিংদা মীয়াম পূম্বনা শ্রাদ্ধা অমসুং ভক্তি তৌই। মতম অসি সন্ন্যাসীনা পীবা ঈঙ্গিৎ অমদা মী য়াম্না থরাই ফাওবা থাদুনা চোংশিল্লি। মতৌ অসুম্না তৌরবদ হরিনাম প্রচারদা করিগুম্বা য়ৈথাইথিঙ্গাইবা থোক্ল-

য়োই। মসি খন্দুনা নিমাইনা পূন্নমক থাদোক্তুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগে হায়বসি চপ য়ুংনা শিংখ্রে।

অতুবু মসিদসু য়ৈথাই খিঙ্গাইবা য়াম্না লৈরি। কণাগুম্বনা মসিগী নাশোন খিক্তং ফংখিবা মথল মখা অয়াম্বা পাম্বৈনা নিমাইবু খামগদৌরি। থোইদোক্না মাগী ময়াম্বা 'বিশ্বরূপ'না সন্ন্যাসী ওইদুনা পুম্নিচুপ্পগী দমক য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবদগী মমা শচীরাণী হৌজিক ফাওবা তেংথাবা তোকত্রি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা মহাকসু অমুক সন্ন্যাসী ওইরবদি মমা শচীগী করি ওইগদগে হায়বসি খঙবা ঙমদে। মসিগী মথক্তা 'বিষ্ণুপ্রিয়া' অদুগা থবাইদগী হেন্না মুংশিরবা ভক্ত খিবিক লৈরি। ময়াম অসিনা মহাকপু কদৌঙৈদসু সন্ন্যাসী ওইহল্লোই। অমরোমদনা জীবশিংগী অবাবা মতৌ উবদা হরিনাম য়েল্লগা পাপী-তাপীশিংবু উদ্ধার তৌনিংবদগী মহাক্কী থবাইনা অহিং-মুংথিল খাক্তনা কপ্লি। ময়ম অসিনা মিংকুপ খুদিংমক অসি নিমাইগী মফমদদি য়ুগ অমগুম্না শাংখ্রে, নিমাই তপথবা ঙমদ্রে—সন্ন্যাসী ওইনিংবনা নিমাই ফিং ফিং চোংলে। মতম অসিদা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্তুনা মাগী খুদোং চাবা অসি ফংলে।

কাটোয়াগী 'কেশবভারতী' হায়বসি সিদ্ধ পুরুষ অমা ওইরম্মী। নিমাইনা কেশবভারতীবু য়াম্না শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তি তৌই। কেশব-ভারতী অসি মতমদুদা নবদ্বীপতা লাক্লম্মী। পাও অসি তাবদা নিমাইনা কেশবভারতীবু য়াম্না তরাম তরাম্না মথৌমদা পুরক্লম্মী। নিমাইগী সেবাদা পেল্লদুনা কেশবভারতী মতম খরা নিমাইগীদা

লৈরে। তাঙ্গা অসিদা নিমাইনা য়াম্না থুপ্না নোংমদি মপুক্লিংগী আশা কোংদোক্লে। ভারতীগা নিমাইগা লোম্না চিকথনদুনা নিমাইনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌনবগী ৱারেপ তাখি হায়বসি কনামতনা খঙব লৈতে।

অসিগী মতুংদা কেশবভারতী চৎখ্রবা মতুংদা নোংমা অহিং অমদা বিষ্ণু প্রিয়ান তুমদুনা লৈরিভৈদা য়াম্না তপ্না থোঙ হাংদোকতুনা মপান থোরক্লে। নিমাইনা কনাদস্তু তাক্লমদনা মমা, মুপী, ময়ুম মকৈ অমসুং খরাইদগী হেন্না মুংশিরবা ভক্তশিং পূম্বা থাদোকতুনা চেনখ্রে অমসুং কাটোয়াদা চত্তুনা কেশবভারতীগী য়ুমদা থুংলুরে। ভারতীনা নিমাইবু য়াম্না লুনা চাম্না ময়ুমদা থম্লগা নিমাইগী নিংঙবা আশা থুংহনবিরে। মফম অসিদা নিমাইনা মরু কোকথোক্লে, কৌপীন শেচিল্লে—অদুদগী পূম্নমক থাদোক্লগা কেশবভারতীগী মফমদা সন্ন্যাস ধর্ম্মগী লাইমিং লৌরে।

সন্ন্যাসী ওইরবা তুংদা নিমাইগী শকওং শাদা পূমওন ওনখ্রে। গেরুয়া কৌপীন শেৎলবা, মরু কোকথোক্লবা মথোক্কারকপা সন্ন্যাসী অসিগী শকফম অসি হান্নদগী শরুক চাম হেন্না নিংথিজরে। মহাক্কী মশাদা মঙান অমা ফাওরকপগুম তৌরে। অঙকপা ভাব অমনা ঈহৌরক্তুনা নিমাইগী মশা পূম্নমক পূমলুপ লুপখ্রে। মিৎলু নাপোম অনিদগী অতৎ অখম লৈতনা ঈরা শিন্থদুনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়না কৌরক্লে। কৃষ্ণগী নাম শোম্ন শোম্ন অঙাওবগী মতৌগুম বৃন্দাবন তমনা চৎলি। খোঙচৎ অসি অঙকপনি— চাব লৈতে, থকপা লৈতে, পোত্থাবা লৈতে, তুম্বা হিপ্না লৈতে, কনামতগা ৱারী শাদুনা ওনশিন্নদে, মমিৎ চোইখ্রে, কৱিগুম্বা

পোৎ অমতা য়েংদে; শুপ্পগী ধ্যান অমদা বাখল অমতা মথক্কাই হাপ্তুনা বৃন্দাবন তম্না চৎলি।

অসোমদনা যুমদ মীপাইনরে। শচী রাণীদি 'হা নিমাই, হা নিমাই' হায়না মচা কৌদুনা কপ্পম্বদগী বাম্বখ্রে। বিষ্ণুপ্রিয়ানা লৈমাই থক্তা ওনথোইদুনা শিন্থরকপা মিৎকী ঈয়ানা লৈমাই অদু থুক্কংলে। ভক্তশিংনা মাইগে মরি শিনবা থুংনা থিদুনা মীকপ খোঞ্জেন্না মাইগৈ শিল্লে। শ্রীকৃষ্ণবু উদবদা বৃন্দাবন্দা নোংমা অবাবগী নোংলৈ মুংশিৎ হৌখিবা অদুম্না নবদ্বীপতসু নিমাই মাংখিবদা অবাবগী ঈপাক্না ঈথক হৌরক্লে, মীপূম খুদিংমক মথক্কাই শৎখ্রবা অশিবা হকচাংগুম লেকথনরে।

নিত্যানন্দনা অবাবগী দৃশ্য য়েংবা ঙমদরে, মীকপ খোঞ্জেন্না হা হাকার লাওবা মতৌ অদু য়েংবা ঙমদরে। নিমাইবু থিদুনা পুথোক্নবগী দমক নিত্যানন্দ থুনমক নবদ্বীপ থাদোক্তুনা খোয়রক্লে।

থবাইনবু চপ য়ুংনা নিংখ্রবদি সংসার অসিদা ঙমদবা থবক অমতা লৈতে। নিত্যাইনা নিমাইবু পুথোকপদা খোইনা পংথিন থিল্লে। অভকপা নবীন সন্ন্যাসী অদুগী মরা মপাও মীপূম খুদিংদা হৎল-হৎলদুনা খোঙ্গুল লিয়কপদগী লম্বীদা নিমাইবু থেংনরে। কৃষ্ণদা থবাই লুপশুবা নিমাইগী মতৌ অদু উবদা নিত্যাইগী—মিৎলু অনিদগী ঈয়া শিন্থরক্লে। নিত্যাইনা নিমাইবু চেংনা কোল্লগা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়না শোল্লক্লে।

নিমাইনা নিত্যাইবু শক খঙলকলদুনা য়াম্না হয়াওনা হায়রকই, "দাদা, দাদা, কৃষ্ণ উহনবিয়ু—কৃষ্ণ উহনবিয়ু—বৃন্দাবন্দা পুদুনা চৎপিয়ু।"

কৃষ্ণগী নামদা লুপখ্রব অমসুং মুনখ্রবা নিমাই অসি মপানগী করিগুম্বা পোৎশক অমতা উদ্রে তাদ্রে হায়বসি নিত্যাইনা য়াম্না মুম্না খঙলে। অদুগা নিমাইবু পুদুনা শচী মাইদু অমুক্তং মচাগী শকফম উহনদ্রবদি শচীমাই হিংলরোই হায়বসিসু তশেংনা উবা ফংলে। অদুগা অমরোমদনা নিমাইনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরবনিনা নিমাইবু য়ুমদা পুদুনা চৎপসু হৌনদে। য়াম্না খল্লবা তুংদা নিতাই পোখি অমা তৌরে।

থরাই হকচাং, পুক্লিং য়াখল কৃষ্ণদা পুমলুপ লুপখিবা য়ম্ন নিমাইনা মপনগী পোৎ অমতা উখিদে। মসিদা নিত্যাইনা খুদোং চাবা লৌদুনা নিমাইদা হায়রকই "চৎসি ইনাও, ঐগা লোইননা বৃনাবন্দা চৎসি। নংদি বৃন্দাবনগী লম্বী খঙলিরোই ঐ লমজিংগে।"

বৃন্দাবন চৎলিবনি হায়বসিদা নিমাই হয়াওখিবনা মশাবু মশানা পুমকাও কাওরে। নিত্যাইনা নিমাইবু কৃষ্ণনামদা ভাওহন্দুনা নাথৈদুনা পুরগা শান্তিপুর তমলক্লে।

নদীয়াদা লৈবা ভক্তশিংগী লুচিংবদি অদ্বৈত আচার্য্যনি। মহাক্কী ময়ুমদি শান্তিপুরদনি। অদ্বৈতনা মাংখ্রবা লন নিমাইবু অমুক হন্না ফংজবসিদা হয়াওবনা হায়নিঙঙাই লৈত্রে। য়াম্না লুনা তৌদুনা নিমাইবু ময়ুমদা থক্লে অমসুং মাইগে মরিদা মী থাদুনা পাও শন্দোক্লে।

পাও তাবদা শ্রীবাস ঠাকুরনা শচীমাই পুদুনা শান্তিপুরদা লাক্লে। মখোয়গা লোইননা হরিদাস, মুকুন্দনচিংবা ভক্ত খিবিকসু শান্তিপুরদা লাক্লে। শচীমাইবু উবদা নবীন সন্ন্যাসী নিমাইনা হোচ্চিন্দুনা মমাগী মখোংদা তুরগা ওন্থোইরুরে। নিমাইগী কেশ অদু উবদা শচীমাইগী থম্মোয় পুবা য়াখিত্রে, মিংকী ঈন্না থিংবা ঙমখিদরে। ভক্তশিংনা শচীমাইদা য়াম্না হায়জচচ্চদুনা থেমজিল্লি।

মমা মচা উনরে, ভক্তশিংগা নিমাইগা অমুক হন্না উশরে। অদ্বৈত আচার্য্যগী য়ুম অসি মেলাগী কৈথেংগুম্না মী তিনখ্রে। অহিং-নুংথিল খাক্তনা হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌবসিদা শান্তিপুর অসি পূর্ণিল শিনখ্রে। অসিগা লোয়নন্না ভক্তশিংগী হরাও-খোঙ্গেন অমসুং য়াইফ খোন্থাংনা শান্তিপুর অসি বৈকুণ্ঠগুম্না তৌখ্রে। অসিগুম্বা নুংঙাইবা ঈপাক্তা লুপ্তুনা শচীদেবীনা নিতিগী চাক থোংদুনাময়াম পূম্নমকপু পীজ-পীথক্লে।

অমুক্তা নুমিৎ খরা শান্তিপুরদা অদ্বৈতগীদা লৈরবা তুংদা নিমাই অসি বিদায় লৌদুনা অমুক চৎশিংলক্লে। মহাক্তি হৌজিক সন্ন্যাসী ওইরবনি, য়ুমদা লৈদুনা সংসারগী নুংঙাইবা খিবিক ভোগ তৌবা হায়বসি সন্ন্যাসীগী ধর্ম্ম নত্তে। পূম্নমক থাদোক্লম্লগা, লম্বীগী চাক্লিবা ওইদুনা অতোনবশিংগী অতোনবা ওইদুনা লৈবাক খুদিংদা হরিনাম প্রচার তৌগদবনি। মসিগী মথক্তা বৃন্দাবন য়ৌনিংবনা মাগী থরাই তপথবা ঙমলমদে, অদুবু মমাগী য়াথং ফংত্ররবদি ধর্ম্ম কাইবদা নত্তনা থবকসু মঙ্গল ওইরোই হায়বসি মুন্না খঙলমই। মরম অসিনা নিমাইনা মমাদা হায়রম্মী—"ইমা! ঐ হৌজিক্তি লম-

বোইরে। মরম অসিনা অসুম্বা যুমদা কুইনা চা-থক্কুনা লৈথোকপা চুমদে। ঐবু কদাইদা লৈয়ু হায়বগে ইগানা য়াথং অমতং পীবিয়ু।"

শচীদেবীসু সুপীশিংগী কোকথক্কী লৈতেংনি—তশেংবা মমাদা মমা হায়বীদুনি। মচা কাইনগনি খনবদা মাগী থম্মোয় কাইরম্মী, অদুবু মচাগী সন্ন্যাস ধর্ম্ম কাইখিনি খনবদা মচাবু খামহৌবা ভমত্রে নক্রগা অরাবা উত্তুনা মচ'বু চিংনহনগে খন্দে। থম্মোয়গী মপান নাইদ্রবা শক্তি অমনা অরা অনা পূম্নমক নমথরগা মোমোন তৌনা মমা ইবেম্মশিনা হাযরকই—"ইবুঙো, ন'বু বিদায় পীবদা ইমাগী থম্মোয় কাইগদৌরে, অদুবু ইমানা নোক্লা নোরা, য়াম্না মুংঙাইনা নঙবু বিদায় পীরি। নঙদি হৌজিক লম্বোইরবনি, নংবু ফাজিন্দুনা ঐ ধর্ম্ম মত্তবা তৌনিঙদে। অদুবু ইবুঙো -ং হৌজিকমক্তি বৃন্দাবন চৎকনু, মরমদি চৎখ্রবদি নং অমুক হল্লকলরোই—ঐনা নংবু উবা ফংলরোই। বৃন্দাবন অদুগা চপ মান্নবা নীলাচলদা চৎলগা পুরুষো-ত্তমদা লৈরু। নংগী নয়ুম অনি লৈবগুম্বনি। নয়ুম অমনা নবদ্বীপ-তনি, অতোপ্পা অমনা পুরুষোত্তমদনি। নবদ্বীপতগী ময়াম মরক মরক্তা নংগী ননাক্তা অদুগা নংনসু মফম অসিদা ·রক মরক্তা গঙ্গাস্নান চৎকনি, তৌবা লাক্কনি। অসুম তৌরবদি নংগী ঈ-পাও তাবা ফংদুনা ঐসু থোইনা চিংনবা তৌরোই, অদুগা নংগী মশকসু মরক মরক্তা ইমানা উবা ফংগনি। অদুদগী মতম চাব অমদা বৃন্দাবন চৎলুরগা অমুক হল্লকউ হৌজিক্তি নহাক শ্রীক্ষেত্রদা লৈরুখো।"

মমাগী য়াথং তাবদা নিমাই হায়ফম খঙদনা মুংঙাইরে। নিমাইনা মমাগী চরণ কোন্দুনা ওনথোইরগা মমাগী খুয়াগী উফুল

কোকথক্তা হাপ্লগা বিদায় লৌদুনা নীলাচলদা খোঙ শানগদবগী শেম শারে। ভক্তশিংগী মরক্তা নিঙবা কাইবগী নোং-মুঙশিং হৌরক্লে, নিমাইবু বিদায় তৌবসিদা ভক্তশিঙ নোঙ খোঙবগুম কপ্পরক্লে, অমসুং মখোয় পূম্নমক নীলাচল চৎকদবগী শেম শানরে। নিমাইনা ভক্তশিংবু থেমজিল্লে, ময়ুম ময়ুমদ চৎলগা হরিনাম প্রচার তৌরুনবা নিমাইনা ময়ামদা হায়জরে। অদুদগী নিত্যাই, মুকুন্দ, দামোদর অমসুং জগদানন্দ মখোয় মরী অসিতবু পুরগা নীলাচলগী দমক যাত্রা তৌরক্লে। মতম অসিদা হরিদাসনা কপ্লদুনা হায়রকই— "প্রভু, ঐদি ইবুঙেঙাবু উদবা ফংদ্রবদি ঐ হিংবা ঙম্মরোই, করি পাম্বে লৈবগে প্রভু? অতৈ পূম্নমক্তি পুরুষোত্তমদা চৎলগা ইবুঙেঙাগা উনবা ফংগনি, অদুবু ঐদি অহল মতম ওইশিল-লকপনা পাঙ্গল শোল্লে, অসিগী মথক্তা জাৎসু বিধর্ম্মী মুসলমান ওইরে। ঐনদি পুরুষোত্তমদা চংবা য়ারোই, ঐগী উপায় করি লৈরিবগে প্রভু?"

মথক্কী ব্রাহ্মণশিংসি হায়না হায়ন হরিদাস হিক্লা হিক্লা কপ-লক্লে। নিমাইনা মহাকপু থম্মোয়ন্নুংদা চেৎনা কোল্লগা হায়রকই— "নংবু বিধর্ম্মীনি হায়বসি কনানা হায়বগে? নংদি অথোইবা ভক্তনি। ঐগী থৱাইদগীসু হেন্না অথোইবনি, ব্রাহ্মণশিংগী মথক্তা নংগী ফম্ফম লৈবনি। ঐনা জগন্নাথ দেবদা নংগী ৱাফম নিংশিং-লুগনি, নংসু ভক্তশিং পুরগা শ্রীক্ষেত্রদা লাকউ—ঐগা লোইননা লৈরিসি।"

অদুদগী মযামদা নাম প্রচারগী য়াফম অদু অমুক হন্না নিংশিংলমলগা ভক্ত মরিগ লোযননা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নীলাচল তমলক্লে।

মতমদুদা রেল লৈত্রি, হৌজিক্কী মতমগুম্না লম্বী খোঙ খুদোংচাদে। শুপ্নগী খোঙতনা চত্তুনা পুরী যৌবা তারম্মী। মসিগী মথক্ত পাৎ তুরেল অমসুং খোংনা মরক মরক্তা থৎলম্মী, করিগুম্বা কান্দসু শা ভানা থল্লবা বন-জঙ্গল ফাওদুনা চৎপা তারম্মী। মসি পূম্নমকসিগী মথক্তা হুরানবা লুট অমসুং মী ফত্তবশিংগী উপদ্রবত্তগী পুরীগী লম্বী অসি যম পুরীগী লম্বীগুম্ন অকিবা ফংলম্মী। মতমদুদা কনাগুম্বনা শ্রীক্ষেত্রদা চৎপ তারবদি অশিবগী মীকপ কপ্নে অমসুং মী অদু অমুক হল্লক্কনি হায়বসি নিংনদে, অদুগা অযাম্বা যাত্রীকনসু হল্লক্কন্দে। অদুগা কনাগুম্বনা হল্লকপা থোক্লবদি অমুক হন্না পোক্লে হায়না থাজনরম্মী।

অসিগুম্বা চৎপদা লুনা থোক্লবা লম্বী অসি মীকোক মঙ্গা অসিনা হরিনামতনা পাম্বে ওইদুনা নীলাচল তম্না চৎলি। মুকুন্দ দত্ত মখোন যাম্না নুংশি, মহাক্ত চৎনা চৎনা ঈশৈ শক্তুনা মাইগৈ পূম্বা নিলহল্লি অমসুং লম্বী চৎপা অদু নুংঙাইহল্লি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদি কৃষ্ণ ভাবগী ঈপাক্তা লুপ্তুনা ঈশৈ শক্ল শক্লদুন অমসুং জগোই শার শারদুনা অরাম্বা, খৌরাংবা, অবাবা চোকথব পূম্নমক কাওথোকখ্রে। নিত্যাইনা পূম্নমকপু য়াম্না চেকশিন্না শেন্ন শেন্নবা চৎলি।

## নিপান

খোঙগু মঙা অসিন মথং মথং লাকতুনা বালেশ্বরদা থুংলে,

বালেশ্বরদগী 'রেমুনা' হায়না কৌবা খুঙ্গং অদুদা শ্রীশ্রীগোপীনাথ দর্শন তৌরে। অদুদগী রেমুনাদগী যাজপুরদা চৎলে। যাজপুরদা বরাহ দর্শন তৌরগা লম্বীদা থেংনবা তীর্থ মকম খুদিংমক দর্শন তৌর তৌরগা মমৈথংদা পুরীদা 'আঠারো নালা' হায়বা মকম অদুদা থুংলুরে।

আঠারো নালাদগী জগন্নাথদেবগী মন্দিরগী চূড়া উবা ফংই। মন্দির চূড়া উবা মতমদা মহাপ্রভুগী মশাদা সাত্বিক বিকার ফাওরক্লে। নিমাইনা 'হা কৃষ্ণ! হা কৃষ্ণ!' হায়না অভাওবগী মতৌগুম পূম্নমকপু হেনগৎতুনা চেনখৎখ্রে; অদুদগী নাট মন্দির মমুংদা চংশিনখ্রে। মিস্না থম্বাল অনিদগী মিৎকী ঈরানা অতৎ অথম লৈতনা শিন্থরক্লে। অঙকপা সন্ন্যাসী অসিগী মতৌ উবদা অচৎ অওক পূম্নমক ইঙক ঙক্লরে অংসুং নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী অদুবু মিৎ কুপ্তুনা য়েংনরে। অসোমদনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অঙকপা থবক অমা তৌরে।

নাট মন্দিরদগী জগন্নাথ দেবগী মূর্ত্তি হেক উবা ফংবদা মশা পূম্নমক অদু সাত্বিক বিকারনা তুজুংলক্লে অমসুং মশা পূম্বদা হুমাং ঈরীক ফাওরক্লে। নিমাইন সংসারগী করিগুম্বা পোৎ অমতবু য়েংদনা জগন্নাথদেববু কোনগে হায়তুনা মন্দির মমুংদা হেক চোংশিনবদা যাম্থ্রনা তুরে। পুরী রাজগী সভাপণ্ডিত 'সার্ব্বভৌম' অদু মতম অদুমক্তদ মফম অদুদা লৈরম্মী। যাম্থরিবা মহাপ্রভুনা লৈমাই শোকফাক্রিভৈদ সার্ব্বভৌমন তম্বাক্তা থাঙ্গৎলে অমসুং মসিগী মতুংদা নিমাইবু ময়ুমদা পুতুন সেবা লাংবা তৌরে। মতম অসিদা

নিত্যাই, মুকুন্দ নচিংবন লম্বীদা হংতুনা হংতুনা লাক্তুনা সার্ব্বভৌমগী শঙাইদা থুংলরে। ময়াম পূম্বংক চংতুনা হোৎনবদা মমৈথংদা য়াচক্লবগী অতুবাইদা ঙ্গান তারক্লে।

সার্ব্বভৌম৺া পুরীরাজদা হায়জ৺না রাজগুরু কাশী মিশ্রগী য়াম্না কজরবা অমসুং পুক্লিং হুয়বা লৈকোন অমগী মনাক্তা লৈবা যুমদা নিমাইবু লৈহল্লে অমসুং মহাপ্রসাদকী থৌরাংসু তৌরে। নিমাইমচিংব মীকোক মঙা অসি মফম অদুদা লৈদুনা হরিনাম প্রচার তৌব হোরে।

সার্ব্বভৌম অসি দর্শনশাস্ত্রদা ভারত শিনব থুংনা ফাওরবা দিথিজয়ী মহাপণ্ডিত অম ওইরম্মী। মহাক্তি প্রেম অমসুং ভক্তিবু কয়া থৌওইনা থন্দে, বৈষ্ণব উরগা নত্রগা হরিনাম শোনবা তারগা নোকই। অদুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুন মতম খরতগী মনুংদা দর্শন শাস্ত্রগী বিচারদা মায়থিবা পীরগা সার্ব্বভৌমবু বৈষ্ণব অথোইবা অমা ওইহল্লে। সার্ব্বভৌমনা মাগী লাইরিক লাইশু পূম্বা হুন্দোকখ্রগা ভক্তিনা ঈহৌরক্তুনা মহাপ্রভুগা লোয়নন হরিনাম শোল্লে অমসুং পূম্বমক্কী মমাংদা লাওথোক্লে মতুদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ওইনা খোঙদাবিদুনা সংসারগী পাপী তাপী পূম্ববু লানবিনবগী দমক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা শাইওনবিরে।

মতম অসিদা উরিষ্যাগী প্রজা পূম্বনা কাংবু কাংবু হৌনদুনা মহাপ্রভুবু দর্শন তৌবা লাক্লরে। মী কাংবু কাংবু হরিনাম মন্ত্র লোদুনা সংকীর্ত্তনদা থবাই হকচাং লুপরে। পুরীগী নিংথৌ

মশামক বৈষ্ণব ওইরে। উরিষ্যা পূম্বদা হরিনামগী ঈচাও হৌরক্লে —মহাপ্রভুগী মিখৈ অসি নো থক নোংখা শিনখে।

অসুম তৌরিভৈদা স্নান যাত্রগী মতম লাক্লে। মতম অদুদা নদীয়াদগী অদ্বৈত, শ্রীবাস, গঙ্গাদাস, হরিদাস, মুরারী গুপ্তনচিংবা ভক্তশিংনা লুচিংদুবা ভক্ত চাম্ম চাম্মনা খুজিং ওইদুনা পুরুষোত্তমদা থুংলরে। নিংথৌনা মখোয় পূম্নমক অদুগী লৈফম চাফম থৌরাং তৌরে। মখোয়না নিতিগী কাশী মিশ্রগী লৈকোন্দা চৎলগা মহাপ্রভুগা উনরে। মুৎ খুদিংগী যাম্না ঈরাং চাউনা কৃষ্ণ কথা অমসুং হরিনাম শকপ হৌরে। উরিষ্যাগী ভক্ত কাংবু কাংবু লাকতুনা বাংলাগী ভক্তশিংগা তিন্নদুনা ভক্তশিংগী মেলা অমা চাউনা তৌবা হৌরে।

ভক্তশিং পূম্নমক অদুবু শরুক মরি থোক্না খাইদোক্লগা মহাপ্রভুনা সংকীর্ত্তনগী দল মরি শেমগৎলে। অদুগুম্বা দল পূম্নমক অদুবু পুল্লপ ওইনা পুরগা জগন্নাথ দেবগী মন্দিরদা মহা সংকীর্ত্তন তৌরুরে। কাং অমসুং কাংলেন মুমিত্তা মহাপ্রভুনা চাউরবা সংকীর্ত্তন কাংবু অদু পুরগা কাংগী মনাক্তা জগোই শার শারদুনা চৎলি। লম্বীগী নাক-যেৎ অনিমক্তা নিপা মুপীশিংনা পরেং পরেং শাদুনা লেপ্লি। মসিদা কনামতা চিথহৌদ্রে, হমু-হম্বী, পাখণ্ড লৈশাবী মুপী অডাং পূম্নমক তিল্লরে। মী পূম্নমক অসিনা ভাবনা ঈরাক্লবা নিমাইগী মতৌ উবদা মীপূম খুদিংমক মহাক্কী চরণদা চংলখ্রে। অদুদগী অপং অশিং পূম্নমক হরিনাম লৌদুনা পুন্সি অসিগী মহে য়াম্নবা থোরাং তৌনখ্রে। পুরীধাম শিনবা থুংনা

অহিং মুংথিল থাক্তনা হরিনাম সংকীর্ত্তন চৎলে অমসুং উরিষ্যাদা য়াম্না মুংঙাইরবা পুন্সি ঈথক অমা ঈপাক চাউনা হৌরক্লে।

অসুম তৌমা থা মরিরোম হরিনাম সংকীর্ত্তন্দা য়াওরম্লগা বাংলা লৈবাক্কী ভক্তশিং অদু মরৈবাক্তা হন্নখ্রে, মসিদা হরিদাসতদি মহাপ্রভুগা পুরুষোত্তমদা লৈহৌরে। মহাপ্রভুনা হরিদাসবু কাশী মিশ্রগী লৈকোনগী য়ুম মচা অমদা লৈহন্দুনা মহাপ্রভুগা লৈমিন্নরে। মতম অদুদগী হৌরদুনা বাংলাগী ভক্তশিংনা স্নানযাত্রাগী মথাংদা পুরীদা থুংদুনা মহাপ্রভুগা থা মরি লৈমিন্নদুনা সংকীর্ত্তন তৌবা অসি শিয়ম অমা ওইনা চৎনরক্লে।

বাংলাগী ভক্তশিংনা হনখ্রবা তুংদ মহাপ্রভুনা দাক্ষিণাত্যদা নাম প্রচার তৌনবগী দমক খোঙশাল্লক্লে। মনাক্তা শাগোন্নরিবা নিত্যাই অমসুং সার্ব্বভৌমনচিংবা উরিষ্যাগী ভক্তশিংনা মতুং ইন্নগে হায়না য়াম্না হায়জরে। অদুবু নিমাইনা কনামতবু লোইনবা তৌদ্রে। নিমাইদি পূম্নমক থাদোক্লবা সন্ন্যাসীনি। অশেংবা সন্ন্যাসী অমগী মতৌগুম্না শুদোং থিবনা থল্লবা বন-জঙ্গল শমদুনা থাপখ্রবা দাক্ষিণাত্য তম্না খোঙশাল্লে। মমৈথংদা ভক্তশিংনা য়াম্না হায়জমনবদগী নিত্যাইনচিংবা ভক্তশিংনে নিমাইবু 'আলালনাথ' ফাওবা থিজোক্লুই। মতম অসিদগী কৃষ্ণদাস কৌবা ব্রাহ্মণ অমথক্তংনা মহাপ্রভুগী কমণ্ডলু অমসুং কাণ্ঠা পুত্নুনা দাক্ষিণাত্য তাম মহাপ্রভুগা চৎমিন্নে। অদুগা অতৈ ভক্তশিংদি পুরীদা হল্লুনা মহাপ্রভুগী দমক্তা য়াম্না লাংতক্লনা মতম লেনবা হৌরে।

মফম অদুদগী মহাপ্রভুনা তীর্থ খুদিং, লৈবাক খুদিং, খুঙ্গং খুদিং অমসুং নগর খুদং কোইনা চত্তুনা মমৈথংদা দাক্ষিণাত্যগী খমথেংবা মফম সেতুবন্দ, রামেশ্বর ফাওবা খোঙশাল্লম্মী। সেতুবন্দদা য়ৌবা মতমদা মথোক্কাররকপা নবীন সন্ন্যাসী অসি উবা মতমদা নিপা মুপী হৌন হৌনদুনা লাকতুনা মহাকপু মিৎ কুপ্তুনা য়েংনরে অমসুং মহাপ্রভুগী মশাদা সাত্বিক বিকাৰশা তুখোং খুদিং ফাওৰকপা অমসুং মহাক্কী থুন্নবা মৰাহৈ তাবদা মীপূম খুদিংমক হরিনাম শোন্দুনা বৈষ্ণব ওইনরক্লে অমসুং হরিনাম সংকীর্তন্দা থরাই হকচাং লুপ্তুনা য়াওররে। অমুম্না মহাপ্রভুনা পণ্ডিত কয়াগী নাপন য়েথেকখিবা মণ্ডক হাইগৎনা কয়াগী মণ্ডক নোলহনখিবা, ঈনাকখুনবা কয়াগী অচাওরম য়ৈথখিবা, পাপী পাষণ্ড কয়াবু লানবিড়না মচিন্দা হরিনাম শোলহন্দুনা ভাওহনখিবা পূম্নমক অসি মশীং থিড়ুনা লোইগদবা নত্তে।

অমুম তৌনা দাক্ষিণাত্যগী মফম খুদিংদা চত্তুনা লম্বীদা ঘাটতা, কৈথেন্দা, লৌবুক্তা, লৈকাইদা, লম্মাংদা, খুন্দা, সহরদা য়ুমলক্তা, লৈরক্তা হরিনাম প্রচার তৌদুনা দাক্ষিণাত্যগী নোংথক নোংখা পূম্বা হরিনামতনা খোল্থাং য়ৈহনখি। অসিগী তুংদা পুরুষোত্তমদা অমুক হল্লকই। দাক্ষিণাত্যদা নাম প্রচার তৌবা চৎপগী খোঙফম অসিদা মহাপ্রভুনা মফম মফম খুদিংদা অঙক অঙকপা থৌদোক কয়ামরুম উৎখবা মসি পূংমক্কী মশীং থাদুনা লোইবা নত্তে। দাক্ষিণাত্যগী প্রজাশিংনা নিমাইবু অচম্বা মী নত্তে—ঈশ্বরগী সাক্ষাৎ অবতাৰনি হায়বসি য়াম্না মরা চেৎনা থাজনখি।

দাক্ষিণাত্যদগী হল্লকতুনা পুরুষোত্তমদা অমুক হল্লকপা মতম অসিদসু পুরুষোত্তমদা ভক্তশিংগী অঙকপা মেলা অমা তৌরে। মহাপ্রভুনা দাক্ষিণাত্যদগী হল্লক্লে হাযবা পাও তাবদা বাংলা লৈবাক্কী ভক্তশিংসু স্নানযাত্রাগী মমাংদা পুরুষোত্তমদা থুংলয়ে। ভক্ত পূম্নমক্কা লোইননা মহাপ্রভুনা হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌদুনা মুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওমিন্নরে। হন্দক্তি ভক্ত কযামুক্কা নিমাইনা অঙকপা লীলা কযামকম উহনবিরে। অদুগা ভক্তশিংবু মখল মখা অযাম্বা মওংদা চাং যেংদুনা অমদি চুমথোকপীদুনা অশেংবা সনাঙাক্তা ওইহল্লে।

থা মরিয়োম মহাপ্রভুগা লৈমিন্নরম্লগা বাংলাগী ভক্তশিং অদু মরৈবাক্তা হন্নখ্রে। মতম অসিদা নিমাইনা বৃন্দাবন চৎনবগী উৎকন্থা অমা তৌই। অদুবু পুরুষোত্তমগী ভক্তশিংনা নিমাইবু থাদোকউ হাযবা যাদ্রে অদুগা মতোমতা চৎহনবসু তৌদ্রে। শ্রীক্ষেত্রদা মতম খরা লৈরম্লগা বাংলাদেশতা চৎলগা বাংলাদেশতগী বৃন্দাবন চৎকে হাযনা খনখ্রে। বাংলাদেশ তম্লকপা খোঙচৎ অসিদা পুরুষোত্তমগী ভক্তশিংনা মতুং ইন্নরক্লে, মহাপ্রভুনা ফনা যাম্না হায়জদুনসু ভক্তশিং অদু হল্লু হাযবা যাখিদ্রে।

## মাপন

অদুবু হন্দকসু বৃন্দাবন চৎপা যাদ্রে, মরমদি নিমাইগী মমিং অসি ভারতকী মফম খুদিংদা শন্দোকখ্রে। মী পূম্নমক্না মহাকপু দর্শন ফংগদবগী খোৱাংনা ঙাইনরম্মী। মরম অসিনা নিমাইনা কনাগুম্বা অমবু উহন তাহন্দনা চৎপা শুকয়া যাদ্রে। নিমাইনা

চৎপা খুদিংদা পুরুষোত্তমগী ভক্তশিংনা কন্নিমতা থাবা লৈত্রে, মানা চংখি চৎখিবা মায়কৈদা অহোইনতুম মী পূনবা হেল্লে।

মহাপ্রভুনা লাক্কদবা লম্বী খুদংদা মহাকপু দর্শন তৌগদবগী হায়না মীয়াম পৈত্রুনা লৈনখ্রে। মহাপ্রভুবু হেক উবদা মী পুম্নমক অৱৈবা মীনাইগুম্না মহাক্কী খুয়াখাদা চংজখ্রে। মরম অসিনা মহাক্কা মীয়াম অ স থৈদোকপা থক ভুমখদে। মুমিৎ খুদিংগী মীগী মশিঙ অসি মুকথ্রবীগুম্না য়ামখৎলকখি। সুপ চাউরবা দিগ্বিজয়ী অমনা মশিং লাকউমদ্রবা লাম্মী পুত্রুনা দিগ্বিজয় চৎপগুম মহাপ্রভুগী মতুংদা ভক্ত লিশিং লিশিংনা ইন্নরক্লে। মহাপ্রভুনা মখোয়শিং অদুবু কম্নিগুম্না মওংদা হলহনখিবা ভমদরে। মীগী মশিং লাকউম কাঙম-দবা মওংদা হেনগৎলক্লে।

অসিগুম্বা মীয়াম অসি লোইনতুনা মহাপ্রভুনা বিংজবা কন্নিগুম্বা তীর্থ অমদা চৎপা হায়বসি ওইথোকত্রে। মরম অসিনা খোঙচৎ অসিদা বৃন্দাবন চৎপা হায়বসি ওইথোকত্রে। মহাপ্রভুনা কাশীধাম নচিংবা য়োরম্নগা বাংলাদেশতা চৎতুনা মমাগা উম্নম্লে, অতুদগী অমুক অবস্থান য়াদতুনা পুরুষোত্তমগী নীলাচলদা হনবা তারম্মী। অদুবু খোঙচৎ অসিদা থবক অন পাংথোক্লম্মী। বাংলাদেশকী মতিক মগুণ লৈরবা অমসুং মমিং চৎপা মুসলমানগী কর্ম্মচারী অনিথকপু মহাপ্রভুনা কৃপা তৌবিত্রুনা লানবিরম্মী। কর্ম্মচারী অনি অসি লৈজরা পুম্বা অমচুং সংসার থাদোক্লমগা হরিনামদা ঙাওখি, অমসুং মমৈথঙ্দা অনি অসি রূপ অমসুং সনাতন হায়না বৈষ্ণব সমাজদা ফাওখি।

রূপ অমসুং সনাতন অনি অসিগী ম্রাফমদা মতুমা কাশীনাথিবা মফমশিংদা বৈষ্ণব যাদবা মহাপণ্ডিত কযাবু মায়থিবা পীরম্লগা মহাপণ্ডিতশিং অদুবু হরিনামদা ভাগুহল্লনহনবা বৈষ্ণব ভক্ত ওইহল্লমী। থবকশিং'সি পাংথোক্লম্লগা মহাপ্রভুনা পুরুষোত্তমদা হল্লক্লুনা বৃন্দাবন চৎনবগী খুদোং চাবা ভাইদুনা লৈরে। অদুবু পুরুষোত্তমদসু মহাপ্রভুবু অযুক-মুংথিল খাক্তনা ভক্তশিংনা অসুক কুংনা তিনুবা লৈরে মদুদি মযাম খঙদনা নিমাইনা বৃন্দাবন চৎপা হায়বসি ওইথোকতরে।

বাংলাগী ভক্তশিং'না হান্নগী মতমগুম পুরুষোত্তমদা লাক্তুনা থা মরি লৈররে। মতম অসিদা মহাপ্রভুনা লোম্না বৃন্দাবন চৎপগী আশা অমা তৌরক্লে। মহাপ্রভুনা সার্ব্বভৌম ঠাকুরদা পুন্নিপী বা হায়রুবদা সার্ব্বভৌমনা মহাপ্রভুবু করিগুম্বদসু মত্তোমতা থাদোকনিংদ্রে। মহাপ্রভুনা যাম্না তকশিল্লরুবদা ব্রাহ্মণ অমনা অদুগা মহাক্কী মনাই অমগা মীথিৎ অনি অসি মহাপ্রভুগী থোম্নসু গুইনবা থারে।

যাম্না থুনা বা লেপ্পরে। মতম অসিদা নোংমা অহিং অমদা মহাপ্রভুনা ব্রাহ্মণ অমসুং মীনাই মীথিৎ অনিসিগ্না লোয়ননা বৃন্দাবন যাত্রা তৌরক্লে। লম্বীদা মীয়াম্না থৎকনি খন্দুনা হন্দ্রিবা অমোনবা অমসুং মীনা চৎনদবা লম্বী ভাক্তদা চৎপা তৌরক্লে। মহাপ্রভুনা বন জঙ্গল অমসুং চীং-মান লান্দুনা ঝারিখণ্ডগী লম্বী রোমদা বৃন্দাবন তমলক্লে।

মীচিক্লবা লম্বীনি। মাইকৈ মরিদা য়েংলথি লেংখিবা মচু

জঙ্গল, কৈ, শামু, ঈয়োইনচিংবনা লমশানা খুরুক হাংদনা লৈবা মফমনি। মহাপ্রভুগা লোইনরিবা অসি অদুদি কিখিবনা মশা থক থক নিকখ্রে, চিনবান থক খা খ্রুক খ্রুক কংখ্রে। তৌইগুম্বসুং মহাপ্রভুদি হরিনামদা পূমলুপ লুপ্তুনা কৱিমতা কিদন হায়রিবা লম্বীশিংসি চৎলি। লম্বীদা অঙক অঙকপা থোদোকশিং থোকপা উবদা চৎমিন্নরিবা অনি অদু পূমঙক ঙকখ্রে।

বনগী উচেকশিংনা সঙ্গু সঙ্গু পাইরক্লগা মহাপ্রভুগী মকোক্তা মখুত্তা অমসুং লেংজুমদা নিঙঙাইদনা তোংলরি। শজী শঙাইশিংনা মল্লুপ মল্লুপ লাক্লগা মহাপ্রভুগা চৎমিন্নে নত্রগা মহাপ্রভুগী মশা মুংশিনা লেক্লে। কনাগুম্বা শজীনা মহাপ্রভুদা বাইঙনা শান্নে, অদুগা মমিৎ ঈরা চেল্লদুনা মহাপ্রভুবু মিৎকম হোংদনা যেংই।

অমুক্লা মফম অমদা চাউরবা কৈ অমা তুমদুনা লৈরম্মী; কৈ অদু উবদ অনি অদুদি পাখৎখিদুনা কোকচাওবী কাখ্রে। মহাপ্রভুনা হরিনাম শোল্ল শোল্লদুনা কৈগী মনাক্তা খুবাক খুদুনা জগোই শারুরে। কৈ অদু লৈবা ঙম্লকতরে, থুনমক হোগত্তুনা জগোই শার শারদুনা থোকখ্রে।

ছোটানাগাপুরগী (ঝারিখাও) শুক্লবা উমং মন্নুংদা শামু লমশা কয়ামরুম চীংলক্কী তুরেল অমদা ঈশিং থক্লম্মী। মহাপ্রভুনা ‘হরি হরি’ শোল্লদুনা তুরেল লানবদা শামুশিংদা ঈশিংনা চাইরম্মী। শামুশিং অদুসু হরাওখ্রদুনা মনাতোন্না ঈশিং চিংখৎলগা মহাপ্রভুদা চাইদুনা জলকেলি শান্নরে। অদুগুম্বা ওইথোকত্রবা লীলাশিং অসি উবদা মহাপ্রভু অসি মী নত্তে, সাক্ষাৎ ঈশ্বরগী অবতারনি

হায়না চেৎনা থাজত্না চিংনবা অকিবা পূম্বা কোক্লদুনা মহাপ্রভুগী সেবা তৌর তৌরদুনা মতুং ইম্নরে।

অমুম্বা বন জঙ্গল ফাওদুনা অমস্তুং মশিং লাকভমদ্রবা খুদোং-থিবশিং মায়য়োক্লরবা মতু'দা মমৈথংদা বৃন্দাবন য়ৌরে। মহাপ্রভুগী লাইগুম্নবা মশক অমস্তুং মশাদা অশেংবা প্রেম্না ঈহৌরকপা মতৌ অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা মীগী শকফম লৌদুনা গৌরবেশ শেত্তুনা শ্রীবৃন্দাবনদা লে'লক্লে হায়না ব্রজবাসী পূম্নমক মথুম্মরাং হৌরে। অমুম্বা মাগৈ মরিমক রা রা লাওরে। অমুম্বা ব্রজবাসী অমস্তুং ব্রজবাসিনী পূম্নমক্লা মখল মখা অযাম্বা চান থক্লবা অমস্তুং পূজাগী পোচ্চং পুরক্তুনা মহাপ্রভুবু দর্শন তৌবা লাক্লরে। অমুম্বা বৃন্দাবন অসিদস্তু মাগী অকোইবদা মীযাম তিনবা হৌরক্লে। মরম অসিনা য়ারিবমখৈ থুনা বৃন্দাবনগী তীর্থ অমস্তুং ঠাকুর দর্শন তৌরগা মফম অদু থাদোকতুনা বাংল দেশ রোমদা পাংলক্লে। বাংলাদেশতগী অমুক মহাপ্রভুনা পুরুষোত্তমদা খোঙশাল্লে।

বৃন্দাবন্দগী হল্লকপা মতুংদা মহাপ্রভুগী প্রেমগী ঈচেল অসি শকক চাম হেন্না কল্লক্লে। পুং কুনমরি অসিগী মতুংদা জ্ঞান তাবা হায়বদি মপানগী পোচৈ উবা মতমসি পংয়াম য়ামশিল্লক্তরে। য়াম্না তোইনা তোইনা হাম্বরে অমস্তুং কৃষ্ণ ভাবতা লুপখ্রে। মতৌ অসি উক্ল তারুরগা ভক্তশিংনা মুংশা থিদুনা মহাপ্রভুবু কুপ্না শেম্নরে অমস্তুং মিৎকুপ অমা ফাওবা মহাপ্রভুবু থাদোকতরে।

স্নানযাত্রাগী মতম য়ৌরক্লদুনা বাংলাদেশকী ভক্তশিং লাকদুনা পুরুষোত্তমদা থুংলরে। অদুদগী মথোয়গা লোইননা সংকীর্ত্তন

তৌদুনা থা মরি লেয়ে। হন্দক্তি বাংলাদেশতগী মুপী কয়ামক্রমস্ত য়াওরকই। থা মরিগী তুংদা ভক্তশিংদা বিদায় পীবা মতমদা মহাপ্রভুনা হায়খি—"চহি খুদিংগী অস্তুক রানা হেক হেক লাকপা অসি তৌরগনু। যুম যুমদা লৈরগা হরিনাম সংকীর্ত্তন অমস্তুং হরিনাম জপ তৌরো।"

রারোন অসি হায়রগা মহাপ্রভুনা অদ্বৈত, শ্রীবাস, গঙ্গাদাস-নচিংবা ভক্তশিংদা নামপ্রচারগী থোইদোকপা শিন্থা অমমম পীরগা মরৈবাক্তা হন্নবা হায়রে। মসিগী মতুংদা ময়াম পুম্বদা হরিনাম জপ অমস্তুং হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌননবা হন্না হন্না পাওতাক পীরগা নিত্যাইবু লোইনদুনা ইমুং চখ্রগা থোঙ লোনশিনখরে। অহিং অদুদা নিমাইগ নিত্যাইগা ঙাংনখিবা রা অদু ঙসি ফাওবা জগৎনা খঙব লৈতে। নোং ঙাল্লগা বাংলাগী ভক্তশিংনা মহাপ্রভুগী চরন্দা বিদায় লৌরগা মরৈবাক তান্না হন্নখি।

## তরা

হন্নকী মতাং অসিদগী দি মহাপ্রভুনা মপান থোকতুনা ধর্ম্ম প্রচার তৌখিদ্রে। প্রেমগী সাত্বিক ভাবনা তোইনা ঈহৌরকদুনা মহাপ্রভুবু থাঙ্গৈশেংন অঙাওবগী মতৌ ওইহল্লে। নিমাইনা ভাবনা ঈহৌরকদুনা করিগুম্বদা নোকই, করিগুম্বদনা মতোমত্ত জগোই শাই, অদুগা করিগুম্বদনা য়াম্না লেম্ব তুমিন্না কমজুন্দা লৈ। ভক্ত-শিংদা মহাকপু থাদোকনিংদ্রে। রামানন্দ, স্বরূপ গোসাই অমস্তুং গোবিন্দমাধবচিংবা ভক্তশিংনা মহাপ্রভুবু মিৎকুপ নাহুম থাক্তনা লেন্নদুনা কদাইদা শোইখিগদগে হায়না পান্নরক্লে।

মথং মথং মহাপ্রভুগী মহাভাব অসি হেনগৎলকতুনা য়াম্না খুদোংথিবা মতৌ অমা তৌরক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন থাদোকতুনা মথুরাদা চৎখিবা মতাংদা শ্রীরাধানা রাখিবা অমসুং থাইন মৈশা লাংখিবা অদুগুম্না মহাপ্রভুসু অঙক অঙকপা বিকার উৎলক্লে। মহাপ্রভুনা মশামকপু রাধানি হায়না খন্দুনা "কৃষ্ণ কদাইদনো, কৃষ্ণ কদাইনো" অসিনচিংবা রাহৈনা তোইনা বিলাপ তৌদুনা কৌরক্লে। রায় রামানন্দনা মহাপ্রভুবু থেমজিল্লিববনি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণলীলাগী শ্লোকশিংদু পাদুনা তাহল্লি।

অদুবু মসিনা থেমজিনব্রা হায়ববু মৈচাক থোইনা হেলহল্লে। শ্লোকশিংদু তারগা মহাপ্রভুনা সংসার কাওথোকখিদুনা শ্রীকৃষ্ণ-লীলাগী দৃশ্যশিংদু মমিত্তা শংশংনা উবা হৌরক্লে। মতৌ অসুম তৌরকপদা মহাপ্রভুনা মপানগী পোৎ অমতা মমিৎনা উবা লৈতে, অহিং মুংথিল থাক্তনা কৃষ্ণ কৌদুনা অয়াম্বা মতমদা জ্ঞান মাংদুনা লৈরে। জ্ঞান য়াওব্রবা মতমসিদা মহাপ্রভুনা তৌথোরকপা থবকশিংদুদি অকিবা ফংই, তুজুংই অমসুং ওইথোক্তবা ভাক্তা ওইন তৌই।

অহিং অমদি মহাপ্রভুবু ময়াম চংদুনা সেবা তৌদুনা খরা খিত্তং জ্ঞান তাহল্লমগা ফমুংদা নিংথিনা তুমহল্লমগা রামানন্দনচিংবা ভক্তশিংদু পোত্থানখ্রে। মপান্দা থোঙশংবা ওইনা গোবিন্দনাথ তুমলি। মহাপ্রভু স্বর চুমনা হোন্দুনা নিংথিজনা তুমখিবা মতৌ উবদা গোবিন্দদাসনু চিংনবা লৈতনা তুমখরে।

ইখণ্ড থওহৌদনা অথেংবা অহিংদা গোবিন্দনাথ সিংকপ খংথোক থোক্লে। মনা থাঙ্গৎতুনা তাবদা মহাপ্রভুনা স্বর হোনবগী মখোন তাদ্রে। মপুক্সিংদা চিংনহুনা থাওমৈ তনচু, চুথৎলগা ইমুং মমুংদা চংতুনা য়েংবদদি মহাপ্রভু লৈরম্রে। গোবিন্দনাথ য়াম্না লাংতক্লরে অনমুং মপান থোকতুনা লৈকোনগী মাইগৈ মন্দিদা য়াম্না কপ্পা থিরে।

কাশী মিশ্রগী লৈকোন অদু য়াম্না চাউই। মাইগৈ মরিমক অরাংবা লৈপন্না খাগৎলি। মাইগৈ অহুমদা থোঙজাও অহুম ফাৎলি। থোঙজাও অহুম্মক মমুংলোমদা অতুম্মক লেল্লি হায়বা গোবিন্দনাথনা উরে। অদুবু মাইগৈ মরিমক য়াম্না মুম্না থিব ফাওবা মহাপ্রভুবুদি উবা ফংখিদ্রে। থোঙজাও প্রপ প্রপ হাংদোকতুনা গোবিন্দদাসন মপান থোকতুনা মহাপ্রভুবু কোইথি থিরক্লে। মৈথংদা জগন্নাথ মন্দিরগী সনথোঙ সিংহদ্বারদা তৌরম্বা মতৌ অদু উবদা গোবিন্দদাসনা মমিৎ মরা উর ফাওবা থাজবা ঙমমদে।

সিংহদ্বারগী মমাংদা সড়ক মথক্তা মহাপ্রভু ইশাং শাংনা তুমহুনা লৈরম্মী - মহাপ্রভুগী খোং খুৎশিংদু হান্নদগী শরুক অহুম হেন্না শাংলম্মী। মূর্ত্তি অদু উবদা গোবিন্দদাস ঙাইহাক্তং মরোল থোকখিদ্রে, পূমঙক ঙকখ্রে। অসিগী মতুংদা মহাপ্পা ভক্ত খরা কৌহুনা মহাপ্রভুবু থাংজ পুজ তৌদুনা লৈকোনগী য়ুম মমুংদা পুশিল্লে। য়াম্না কুইনা সেবা তৌরবা মতুংদা জ্ঞান তারক্লে, মসিগা লোইননা হান্না ওইরম্বা শকওং অদু হঙ্জিনলক্লে। মহাপ্রভুনা জ্ঞান তারবা মতমদা হায়রকই,—"ওস্তোকইদা! মখোয়না তৌরিবসি

করিনো ? শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধানচিংবা অতৈ সখিশিংগা লৈকোন অসিদা বিহার তৌরি, ঐনা লোৎতুনা তুমিন্না য়েংলিবনি, মর্মক অসিদা নখোয়না য়ৈথাইরিবা করিগীনো ?"

মসি হায়রগা মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ কাইশবসিদ অকিবা ফংনা শোং খোংবগুম কপলক্রে। মসিগী মতুং মুমিৎ খরা লৈরগা মহাপ্রভু অসি অমুক তুম্ফম কাদগী মাংখ্রে। হন্দক্তি গোবিন্দদাসনা স্বরূপ নচিংবা ভক্তশিং লোইনতুনা মহাপ্রভুবু থিবা থোরক্লে। হন্দকসু জগন্নাথকী সিংহদ্বার মমাংদা জ্ঞান তাদন মহাপ্রভুবু থেংনরে। অতুবু অহানবা হেক উবদদি মহাপ্রভুবু শক খঙবা উম্নদে।

সিংহদ্বারগী মনাক্তা মখাদী কয়ামরুম অহিং অতুদা লেক্লম্মী। খরনা লেপ্তুনা লৈরম্মী, খরনা কোইচৎ চৎলম্মী। গোবিন্দগা স্বরূপক। যথানীশিংগী মনাক্তা মতুম তাবা পোৎ অমা তারিবত্তু উবা ফংলে। মনাক চশিন্দুনা য়ুন্না য়েংলুবা মতমদদি মখোয় অনিমক ঙকখিবনা রা ঙাংনা পোক্তরে। মখোয় অনিনা করি তৌগদবগে হায়বত্তু লাম্বা ফংদ্রে। মহাপ্রভুগী মখা অতু মিত্রংগুম্না পেঙ্গুগী মওংগ চপ মান্নখ্রে। মখোং মখুৎ পূম্নমক মবুক মনুংদা তেনজিক তেন্না থুপচিনখ্রে। মপান্দা খরা থিন্দোকলিবা অতু মকোক ময়াদা হাইফেত্তু উবা ফংলি।

স্বরূপ অমসুং গোবিন্দদাসনা য়াম্না ৱানা মহাপ্রভুবু পোত্তুনা পুরগা য়াম্না চোকশিন্না অমসুং যতন তৌনা সেবা তৌরে। য়াম্না কুইরবগী মতুংদা জ্ঞান তারক্লে। হন্দকসু হায়রগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী লীলা য়েংলুবনি হায়না নোং খোংবগুম্না কপরক্লে।

রামানন্দ, স্বরূপ অমসুং গোবিন্দদাসনা করম্বা মতমদা করি থোক্ক-দগে খঙঙমদ্রবুনা মহাপ্রভুবু য়ারিবমথৈ শেন্নরে অমসুং মখোয়গী মিৎকী কারল লানখিদনবা চেকশিন্নরে। ফনমক শেন্নবুনসু অহিং অমদি মহাপ্রভুনা লোম্না চেনখ্রগা অঙকপা থবক অমা তৌরম্লে।

নোংমা রামানন্দনা শ্রীকৃষ্ণ রাসলীলাগী শ্লোকশিংবু পাবুনা মহাপ্রভুদা তাহল্লম্মী। শ্লোক অদু তাবদগীদি মহাপ্রভু অসি মপানগী জ্ঞান মাংবুনা মহাযোগী অমনা ধ্যান্দা লুপ্লগুম তুমিন্ন ফমজ্রক্লা লৈখ্রে। য়াচংবা মতম ওইরক্লবুনা ভক্তশিংনা ভাইহাক্তং মপান্দা খোক্লুই। হঙ্গিল্লকপদা মহাপ্রভু লৈরমদরে। অসিদগী ময়াম পূম্নমক মাইগে য়েন্নবুনা মাইগৈ মরি হুপ্পুনা থিনরে।

অসোমদনা রাসলীলাগী শ্লোক অদু তাবদগী মহাপ্রভুনা লীলাগী দৃশ্য পূম্বা মমিৎনা শং-শংনা উবা হৌরে। ধ্যান্দা লুপতুনা অদুগুম্বা লাইরম লেনগী লীলা অদু য়েংন য়েংন খঙহৌদনা মিহুৎ ময়াদা চংশিনখ্রে।

মুমিৎ অদু পূর্ণিমানি। পূর্ণিমাগী থাবন্দা সমুদ্রগী ঈমায় অদু ইরং ইরং লংলম্মী। মহাপ্রভুনা মিহুৎলোমদা য়েংখিবদা সমুদ্র অদুবু যমুনানি হায়না শেরাম্লনা লৌরুরে। মহাপ্রভুনা শং-শংনা উরে মতুদি শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলা লোইরবা তুংদা যমুনাদা কুমথখ্রে। মহাপ্রভুসু শ্রীকৃষ্ণগী জলকেলি লীলা য়াওরুনবা হৌবুনা চেনখ্রে।

মহাভাবনা ভাওরবা মহাপ্রভু অসি সমুদ্রদা চোংথখিদুনা লুপখ্রে। মসিদগী ঈথক মথং মথং হৌরকতুনা মহাকপু থাগ্না কনা-রক্কী মাইগৈরোমদা পুখ্রে। মহাপ্রভুদি অসি পূন্নমক অসি করিমতা হুন্ডদে, উদে; শুপ্নগী অশিবগুম্বা ঈথক কয়ামরুম্না পুদুনা তাওরি। লাইবককক্কদগী ডুম অমথক মফম অদুদা ডা ফাদুনা লৈরম্মী। মহাপ্রভু অসি ডুম অদুগী লাংদা থুরুরে।

ডুম্না লাং চিংখৎপদা মী অশিবা থুরে হায়দুনা য়াম্না কিনা লাংদগী মশা অদু লৌথোক্লগা তোর্বানগী লৈভোই মথক্তা থম্লে। অদুবু মশা অদু হেক শোকলুবদা ডুমগী মশা অদু হায়ফম খুডদবা মওং অমা তৌই, মহাক্কী মকোক অদু জ্ঞান মান তাদবগুম তৌই। অদুদগী মচিন্দগী ইখুড খুড়হৌদনা হরিনাম হায়বসি থোরকই। অশিবা শোক্লুবদা ভূত ওক্লরবনি খন্দুনা ডুম অদুনা ধোবীগী য়ুম-লোমদা প্রপ প্রপ চেল্লক্লে। অদুবু মচিন্দগী থিংবা য়াদনা হরিনাম হায়বসি ইতৎ ততনা থোরকই, মানা কনা তৌদুনসু মচিন অদু ফাজিনবা ঙমদ্রে।

অসোমদনা স্বরূপ গোসাইনচিংবা ভক্তশিংনা অসুম কোইথি থিরকপদা সমুদ্র মপান য়ৌরক্লে। ডুমগী মচিন্দগী অতৎ অথম লৈতনা হরিনাম হায়বা ৱাহৈ অসি থোরকপা তাবদা অমসুং ডুম অদুগী মওং মতৌ উবদা করি তৌরবগে হায়না ৱাহংলে। ডুম অদুনা করিমতা অথুপ্পা লৈতনা ৱারী ৱাখোং তম্লে। অদুদগী মখোয়না ডুম অদুগা লোইননা চৎতুনা লৈভোই মথক্তা তারিবা

মহাপ্রভুগী মনাক তাম্না চৎলে। হন্দক্তি মহাপ্রভুনা পূন্নমকপু লংনরক্লগা চৎখ্রমাল্লে হায়না পূন্নমক্লা খল্লৈ।

অদুবু সেবা লাংবা চ্যেকশিন্না তৌবগা লোইনবা হরিনাম তোইনা শোনবদা মহাপ্রভুনা মমিৎ পাংতুনা য়েংলক্লে অমস্নুং শ্রীকৃষ্ণগী জলকেলি য়েংলুবনি হায়রদুনা শ্রীকৃষ্ণ কাইনবসিদা নোং-খোংবগুম্ব অমুক কপলক্লে।

অমুন্না মহাভাবতা লুপতুনা মখল মখা অয়াম্বা লীলা উৎপি-রম্লগা মমৈথংদা লীলা লোইশিন্দুনা পূন্নমকপু কপহল্লম্লগা মতম চুপ্লগী দমক তাইবংপান অসিদগী বিদায় লৌখি।

---

# শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু

গৌরকিশোর সিংহ

কংকম
ও: কে: ষ্টোর্স
পাওনা বাজার রোড, ইম্ফাল।

